# অহিংগী থাউমৈ



ওক্রম মিনা দেবী

"AHINGGI THOUMEI"— a book of Poetry in Manipuri by ... MEENA DEVI, published in the year 1995.





...বা কোংবা : মে তাং ১, ১৯৯৫

অকোংবা : ওক্রম চূড়ামনি সিংহ,

বোরাপজুর,

পোষ্ট অফিস : মিজারী,

কাছাড়, আসাম।

...চর প্রেস

...চর-১

মনিপুরী সাহিত্যগী থুংমাবা

লমজান্‌বশিংগী মফমদা

## মাহৈ খরদং

ঐহাক্কী অহানবা শৈরেং লাইরিক 'থাংপোকশঙসিদা অমম্পুং অতৈ শৈরেংশিং' ইংশোক ১৯৯৩ দা ফোংখিবা মতুংদা অনিশুবা শৈরেং লাইরিক 'অহিংগী থাউমৈ' অসিমক ইংশোক ১৯৯৫ দা, ঐহাক্না মনিপুরী লোন অমম্পুং সাহিত্যবু তুংশিজবগী লোয়ননা পীবুরকুদংদা ফাউরকপা করিগুম্বা খরবু শৈরেং ওইনা ইথোক্তুনা ফোংদোকচরে। অদুবু লাইরিক অসিনা মীয়ামগী পুক্নিংবু কদায় ফাউবা চিংশিন্বা ঙম্লিবা হায়বদুদি মীয়ামগী থুত্তা অদুম থমজরি।

ওক্রম মিনা দেবী

# লামায় তাকপা

# অহিংগী থাউমৈ ঃ ১

চঙবদি য়ারয়োই ট্রোয়গী লমজায়দা।
কাউবমক হেনফত্রে কুরুক্ষেত্রগী লমপাক্তা,
চংলুরসি বাটায়লুগী লানফমদা,
কপ্‌ ইন্নসি কলিঙ্গগী মীকপ মীরাউখোল্লক্তা,
তাইবংগী থৌদাদা চিংনিঙাই লৈতে,
তাউথজরকসনু অঙোবা কাঙাশিং
তমপাক অসিদা,
লৈকোল অহুতংগী মঙলান্দা,
কৈদনো থংদা,
মঙলানগী মপোক্তা,
অস্নুম তাউথরকপা, অস্নুম তাউথরকপা,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহনা,

অমম্বা নোংলৈনা কংবদা
অমুম্বা,
মীৎলু অসিদা, মৈরাবীনা, মৈরাবীনা,
শাগৎপম্বু লেপত্রি, চংশিল্লি অমুম।

চমহুনা মৈবুল অসে,
তাউথরক্লি থুদিংমক্তা
স্বর্গ-নরক অনীগী ইত্তিলকমদা,
"মৈথুগী ইপোমদা তাউহুনা,
অমম্বা নোংলৈনা কংবদা"
শোয়দনা তাউথরকপা অচৌবা কাঙশিং...
ইরাইদা থবালনা তাবগুম
থম্মোয় থম্মোয়দা মৈচক্লি অমুম্বা
হুংবু শক্লহুনা,
শক্লহুমা কাঙানা অথাপ্পা চৌংয়াদা,
হৌপ্রবম্বু সত্যযুগ, হৌপ্রবম্বু কলিযুগ,
হৌপ্রবম্বু যুগ যুগ,
তৎপা লৈত্ত থোরিসে,
লোইবা নাইদা থোরমসে,
তাউর্থরক্লি,
সক্রী ওই কংলা অসিগী,
পামেল অসিবু শোক্তুনা,
লৈকা লৈকাদা থেংহুনা,
রাশকন্না থহুংদা, নত্তাগী রাইবীদা,
গেটেগী লাত্তমদা, আর্যাভট্টগী অভিয়াদা
......নচিংবা,

হায়দোকপা খুদিংগী মপান নাইবা,
হায়রকম তোক্তা তাউথবা লেপ্লে
ওসিন্দু নম্মাং অসিনা,
চমহুনা মৈবুল অমে
তাউথবা লেপ্লে
অমুম্বা মাং, অমুম্বা ঢৌ,
মশীংমু থাক্তে, পোপয়দু লৈত্তে,
হিরোসিমা, নাগাসাকিগী থোমগী
মৈথু কাউরহুনা, পোথাবা লৈত
অতোবা কাওনা তাউথরক,
পকাগী তোর্বান্দা অতোবা মুংস্রেংলক্তা
শামহুনা,
অশিবগী খুবাক্তা, 'মহ জেরবা মৈথুবী নিশাদা,'
'ঙাউরবা পরিবেশকী তমপাক্তা' কমহুনা
থাপকপদি লেপত্রি থয়ানমিচাক মপৈ শোক্ত্না,
থংদা অশেংবা চুক্তিন্দু্
মৈথুগীলক্তা লৈচিন্দ খুথা তম্বদি লোইনাইদা
তাউথরক্লি অতোবা কাওশিং
মৈবুল অমি চমহুনা,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহুনা,
অমথা নোংলৈনা কংবদা'.....

মুয়াম্মু থাংথংলকই,
অমুম অমুম থাংথংলকই, মরোল-মরোল,
নোংমদি তায়নি নোংইনদু খুত্তা,
পাইকমগী অয়োম্বা তাংকক্তা,
থয়ানমিচাকী তমপাক্তা কমহুনা

মচাগুম নিঙাই শাংদাক্লনি য়াখলদা
হুংশি পীরাং ইহৌই,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহুনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা'
অম্মুম লাক মথং মথং,

মঙকাউরকপদা কণ্ডনা লৈরম্ই
নোংইনবু থুংশোক্লা,
থবায়গী বেলুম্না কায়খিবা উবদা
কোয়ঙাউননা কোয়চেন চেম্বা,
কোয়লাউ লাউবত্তমক থোক্লে।

অম্মুম ওইবসিবু,
অম্মুম অম্মুম মাঙখিবসিবু, থম্নায়গী চিঙাক্লা
মালেমগী গর্ভদা পুম্নমক্কী ?
অত্তবু, ফুরাহ্নদি হায়জবা হমজক্রে,
মরমদি, তাউথরক্লি অঙৌবা কাঙাশিং
মৈবুল অসি চমহ্নুনা,
মৈথুগী সমত্রুদা
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহুনা
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা'………
লৈচল লৈচল থোক্রহ্নুনা,
তাউথরক্লি, তাউথরক্লি,
পোম্বী চেক্লা চিল্লোক্লবগুম
মীৎলু অসিদা তমহ্নুনা,
লেপ্পা লৈতা, লোয়বা নাইদা

'লাইথী শাবীসে'

শান্নবুংগী মৈচাক্তা *'পোদোনসে' ভাউহনা,
চিঝান্দা থমহনা 'লৈকোললগী' মিংলেন,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা,
তাউথরক্লি অম্বম্না অঙোৌবা কাঙাপিং...... ...

থুম্লগে বানী মহম্মদ অহগী,
লোৎপ্রগে শাউজেল যীশুগী,
মুনি, ঋষি কয়াগী তমপাক্তা,
লোৎচসনু অমম্বলক্তা...... ...
অঙাম্বা হায়ববু লৈকদনো ?
অঙাম্বদা উরিবসিবু করিনো ?
থংদে, থংদে, লৈকদম্বু থংদে ।
ঝাখলদা স্তাবা নত্তনা পাম্বৈ লৈতে ।
অশেংবা নোংজু স্তায়বদা,
মৈথুনা শংপচিনথয়ে মীৎলু অসিম্বু ।
অহুবু তাউথরক্লি অঙোৌবা কাঙাশিং
মৈবুল অসি চমহনা
মালেম লৈমগী তমপাক্তা মনি মুক্তাবু ফুমহনা,
হুরাম্বগী লুক শেমহনা
তাউৎরক্লি, তাউথরক্লি...... ...
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা' ।

***

# অহিংগী থাউমৈ ঃ ২

অমরোমদা, অমুমৃত্তা লাকসেন্ন ।
কেমেস্ট্রিগী লেবোরেটোরী থারবনি,
থারবনি 'দি গ্রেট ৱাল অব চিনা',
লম্বী কাত্তুনা অমুম্না
মতমগী কোঙোয়দু হেক হেক লংশিল্লকপদা
নৈতোকপীনবা কনা নৈত্তা,
মীৎলুগী পীরাংসে অঙোবা রুমাল
পাম্বুনা ;
'দুংশিবা মহাত্তি' লোৎপ্রবদা,
অমম্বা মপৈ লংশিল্লকপত্তা
মহাক্না ওই ।

খংহৌদে, করম্না ঙ্নৌরকপা
কাওশিংনা অমুম্না তোর্বানসিদা……
তোর্বানসিদা পীরাংনা পীহৌনরিবা
নৈকোলগী নৈরাংনা কের্মখিবা উমদা,
খংহৌদে, সনামচু শংলবা লাইজ
ঈচেলগী 'তপ' তপ'
তাম্বা খোঞ্জেলদা, খংহৌদে,
ওইরক্লিবা পুন্নমকসে,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউদ্রুনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা',
লোৎখচপ্রবদু করারক হম্না
মুরবা পাত্র অসিদা,

বুদ্ধগী 'বুধি' খোংনাংদা কয়হনা,
মঙলানগী কুয়াদা মঙদয়া,
খংহৌদে,
লৈচিলদতমক তারম্মী কদমশিংসে।
অমুকন্থ হংনিংই,
থবানমিচাকী খোংনেম্বা
কয়মা থীয়রি খোইমুনা লৈরাং?
অহুবু তারম্মী 'কুমশিংগীলক্তা',
'লৈচিলগী খোংচম্বা'
পথরবা লৈরাং, মতৎ মতৎ তৎলবা
শম্লাং, মচু মনম মাংশ্রবা গুলাপ,
তাৎ অমম্নুং অভিনয়গী চক্রসিদা
লৈহনা, কজবগী সঙলাম্দা
খেংনরুই উৎকী খুজোক খুজোক,
কম্নকই, কম্নকই, খোস্থাংদা রৈনা
নোংজাবী ওনশ্রবা নোংহৌবু মীতয়া
অরাবদা পুথরুই নোদোবীশিংনা।
অহুবু,

'মৈথুগী ইপোমদা তাউহনা,
অমম্বা নোংলৈনা কংবদা'
তাউথরক্লি অঙৌবা কাঙাশিং.........
লোৎশ্রবন্থ সেক্সপীয়ার অহুদি
'কজবা অমম্নুং প্রেমগী' লৈমায়দা,
'মাঙকত্রবা অশেংবা মুংশিবগী' লাতমদা
খোম্লাউ কয়া য়েক্তদনা,
কয়া কয়ানি লোৎশ্রবন্থ

থম্মোয়গী লায়ুমদা অমম্বদা তিন্দুনা;
'রেডিও এক্টিভিটিগী চাংজোদা' চিংনা য়েংহুনা
নোংজুথাগী হঙোইশিং থুরক হাংদা
হৌনা হৌনা কৌরি অনৌবা নোংহৌ
তুরেল ভোর্ব্বানগী লৈঙোই মশীং
থীবগী হৌনশা, তাইবংগী মহৌশা,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহুনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা'
তাউথরক্রি অঙৌবা কাঙাশিং.........
লৈচিলদা থম্বালনা শাৎপগুম,
পুক্লিংগী মীকোনা তম্বগুম
খোংবা খোংবা থুদিংদা
ওসিস্নু হোংনক্রি লৈরাংগা লৈকোলগা,
থানক্রি ওসিস্নু থম্মোয়গা, থম্মোয়গী
ইহলগা.
মরমদি নোংহৌগী ওইকমদি অতিয়ানি,
ওইবনি, লাকচসনু অরামৈচাক,
কায়না মৈশা.
তাইবং থম্মোয়দা নত্তনা কৈদা
হুনগনি মরুভূমিগী মৈশা।

খোংবাসিদা অঙৌবা কাঙাশিং,
অমুম ফাউথি. অমুম লানথি,
থংদা, শায়েক্তো নৈননি কৈদা,
অর্থতা যাল্লি অর্থনা লোৎখ্বদা,
পুমচায় চাবগ্রবদা লৈপরেংগী লৈরাংশিং,
শাশিম্বা মীনোক্তা ওাউজবী থম্মোয়না
কৈদা থীরুনি লংলাদো ?

অহুবু তাইবংগী মিংশেলদা
তাউথরক্নি অঙোবা কাঙাশিং,
মন্দিরগী কাংশি ময়হুনা,
মহুদি থংদে কনাগী নাপবু হৌরিবা,
শায়তানগী মালংদা তাউবরা
থংদে, থংদে, কৈদম্নু থংদে,
অম্নমূত্তা তাউথরক্নি অঙোবা কাঙাশিং.........
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহুদা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা' ।

তারম্বা থেংনক্নই ভৎলবা
পরেংগী লৈরাংশিং ।

নিংশিংবা ঙমদরে হুণ্ডাইবা মথৈদি,
য়াকাইহম্বা ঙমদ্রে অয়ুক্কী কেয়েনা,
শাত্তোকপা ঙমদ্রে বসন্তগী লৈরাংশিং
লম্বী থীবদা, অম্নুম লম্বী থীবদা,
'থোক্কেলদো' শত্তুনা,
তৌরিবা মত্তোসে ?

ব্রহ্মশ্রীগা রাজশ্রীগা থেম্নবা অদো,
শমজিম্বা ঙমদ্রবা পুন্সি অমম্নুং য়াথলদো,
লামশিম্বা থুদিংগী মীৎলুদা ঙাক্লৈ
লৈচিলহুক্তমক, থাজদি উঙমদ্রে,
উঙমদ্রে শুম্নগী, অম্নুম্না
মকুপ তারবা গ্রাসত্তা কৈদম্নু
উঙমদ্রে শক্তম অমা,
অম্নুম লম্বী চৎপদা, অম্নুম লম্বী চৎপদা ।

অদুবু পোয়দরি সঙ্গোবা কাঙলী
খোংহৌদি, ওইহনম্ব,
'মৈথুগী হৈপোমদা তাহনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা'
য়াইবীনা লাল্লমদাই পুংফমগী লাইজ
মরিক ওই.
আশাগী হুংক্রেংলকসিদা।

※※※

## অহিংগী থাউমৈ ঃ ৩

অহুবু পোথাবা য়াদে,
অহিংচুপ্পা তুম্বা য়াদে,
অম্মম অম্মম তাঙ্টথরক্পা
অঙৌবা কাঙাশিং……
অতিয়াগী লমজাউদা মৈরা পরেং চুবদা,
হুংশি রারী লীবদা অম্মম……
উফুলগী য়াউরাদা
মাংথ্রবদা উত্তমশাম্মু মরুভূমি অহুদগী.
লোৎথ্রবদা নাংহৌম্মু ঋতুগী খোংওন্দা
স্বর অমদগী স্বর অমদা,
উশা অমদগী উশা অমদা
তৌহনা, কাইহৌ তম্বনা
তৌহনা অমুক মাং,

কাইহৌ তজনা অমুক গুজিন,
হন্দোক হুজিন চত্তুনা,
ওইরবদা শিংনহিক্রৈ,
'পুজিনা উখাদা, থম্মোয়না দলালদা',
অমুকস্থ তৌহুনা,
'পুজিনা দলালদা, থম্মোয়না উখাদা',
অমম্বা নোংলৈনা য়ৈরবদা।

অম্নুম অম্নুম ঙানখৎলকই
হেন্না হেন্না থাউমৈনা
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা
উরীনা য়েৎপগুম গুম্মিবমথৈ
তম্নহুনা 'ঝুম কাল্টিভেশনগী' মৈনংলমদাই
উশিং ওই উপায় অমত্তদা
মশানা মশাবু চুজহুনা
হেন্না হেন্না লংথোরকই
থক্তোকপদি লেপ্তু ঈশিংদা উবা ঙাগুম
ফল তাত্রবা অক্তসিদা।
হকচাংদি লৈরবে মৈঙাম্লকসিদা,
প্রকৃতিগা পুন্না চৎমিন্না
নোংলৈনুংশিৎলক্তা কেকুলোৎপী
শান্নবা, লেপ্তুনা লমজায়দা
ঙাম্লরে লৈরাং লৈকাগুম।
অহুবু হে প্রভু!
থম্মোয়দি লৈরম্মী চৈত্ত পায়বা
অহললক্তা, অনাবগী নাহেখোললক্তা,

অশিবগী চৈখেংদা,
চত্থ্না লম্বী লমশাংদা, খোঙংগুম
গৌতমনা সুঙাই মণ্ডলাদা
অন্নামৈশা কাউখিবা য়াইবীসুংদা
তাইবংগী লীলাদা য়েঙমদা,
হংখিবা শগোলখৌবদা
য়াহং কয়া কয়া ।

'বুখি খোংনাংন,' অন্সুম লাপথোকখি
হে প্রভূ !
ইথুংসিনা ঙমজত্রে থুংলাম তোয়না
কৌজবা 'মহাক্রেবু',
পাঙ্গল খোক্তয়ে, শুঙ্গাংয়াইনা চুখয়ে
খোপ অসে,
শুপ্নগী উরিনা ঙম্মিবমথৈ য়েংপগুম,
য়াংমা য়াংমা কাউনা পৃথিবীগী
কাচিন কোয়া খুদিংদা
অশেংবা অমসুং অমাংবগী প্রেটসিদা
কুম্মৈতবু খোয়াংলহুনা ।

অন্সুমা, অঙকপনি তেংবাম্বগী কুম্মৈ,
ভায়তা ভায়রম্মী পোংলমখিংনা
লম্বীগী কজবা ফিরোল,
মনামাম্বা, অমাম্বা কয়ানা,
য়াংলবা চেকপলনা ভায়হুনা
থম্মোয়গী লৈজবা খুদিংমক চিংথোকখি
মথং মথং,

ইক্লেক্তম তাহ্না লৈরম্বী আমুরগী
মথাংদা,
চৎপ্রবদা য়াইখীনুংগী
থাজবা, ইভক্তি অমমুং প্রেমনা
মথং লথং বাই, বাই'
পীরম্বদা, লৈমায়দা
হায়বথি কায়রবা চকুপ্তম।

অহুনা 'হোৎনবা' নংনত্তা রায়কই,
ময়মদি তুরেলনা চেন্থৈজ মশাগী ঈরিলদা,
খুৎশেম্না শেখা য়াত্রবা
তুরেলগী ঈচেল, সমক্রদা ইভিলকমদো
ভাউরবা শক্তিগুম কোয়চেন চেন,
মত্তমনা বায়কই মত্তোমত্তা
খেম্নবা লৈত্তা 'উরক বারক'
খেম্নবা লৈত্তা 'সিয়ায়স টয়ায়'
য়েম্নিং য়েম্নিংদি কৈদম্নু হৌরমদে,
তাহ্নত্তা লৈরম্বী মুংজ্রেংগুম
পুক্লিংগী লায়ুমদা, ইখুৎ অসিদা
তাংজহ্না।

লবুক লম্মাং য়েংলুই,
শক্তিনা ভথকনা চেনখি
কৈদনো থংদে,
শায়বা মুংশামৈশালক্তা, নোংজু নোংলৈলক্তা
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহ্না,
অমম্বা নোংলৈনা কংবদা'.

থম্বাললৈকানা মেঘোন নোকপা থেংনরুই
শজিগী মীৎমাবু থম্মোয়দা ফুমহুনা,
অতুগা লৈশাঙ্দা 'কৈগী মউম্না'
শনাথি হরাইজন্টেলতা ওইহনা ।

অহুবু অম্মুম্না
পাম্বৈ ওইনা শক্তাকপা,
শক্তি ওইনা চিংথোকপা,
মচু তরেংকী পাথাক্কম 'পোদোনসে'.........
য়েংনরহুনা,
অদুগা,
লৈচিনগী মশক্তা
অত্তিযাদগী শিম্বুরকপা 'নোংলিকশিংসে'......
মীৎলুগী পাম্বাংনা সাক্কা ওই
অমম্বদা 'ঙনথি, অমম্বদা ঙনাথি,
মরমদি অমম্বদতা থাদোক্লগ,
অঙাম্বদা পৌশিন, অওইবা :

নত্তে, ললাম্বনি 'থুমিংমক',
শকথংদবনি, অতুগা প্রলয়গা কোম্না
লোৎলিবা অহুনি,
নোংজু ওই 'নোংহৌ—লৈৎকাংদা',
ঐগী মঙলান্দা ।

ঐগী মঙলান্দা অম্মুম্না
ওইবনা থুমিংমক,
য়াওন য়াত্তামিম্নরিবমথৈ কোম্না
ওইরবসু ঋতুগী থোংঙন,

অতৈইবমক গুরু অমদগী গুরু অমদা
পোথাবা ঙৈত্তনা,
গঙ্গাযমুনাগী ঈচেলদা
সমুদ্রগী ইথক্তা শান্নহুনা,
ঙৈরাং ঙৈকাদা ঙৈনম্মা
মন্দিরগী মঙ্গলান্দা শান্নহুনা,
ওক্করে, ওক্করে।

✻✻✻

## অহিংগী থাউমৈ ঃ ৪

অহুগা অয়ুক্কী লোংজুনা জমজংসিদা,
দম্বুর ক্রংক্রবদা ঙৈকপেংলাসদা,
বাকৎ খোঙ্গাংনা তোঙ্গুরবদা,
'থাট্রৈনেদো ঙৈকদনা ?'
অঙুপা 'ঙৈকপনো মনম্মাগী মথানা' ?
মঙ্গেন্দ্রজা চেম্লখিবা তুরঙগী
'ঙৈংঙোই শেংকোসিবু' কপ্পনবা
মারকচবা ঙমজবা থম্মোয়গী উকল
ঙৈলগে ঙৈকদা ?
মসিনঙ্গা ওইরম্রে চিঙ্গাক
গুরু-মন্ত্রবা কোঙ্গোইগুংসিদা
তেংথাগী মনিলদা তাহুনা,
থুগুনা মোমবাত্তিগী মরুমসিদা,

ওইরহনা মীৎকী কুমৈ, 'কিন্থরবা মুয়ানা',
লৈরাং কয়া কয়াগী, অহুগা
নোংহৌ খিখিক্কী লাক্তমদা,
আশাগী শাহমনা মৈচমসে পুহনা,
মক্কমদা থুপ্তুনা, অন্থুয়া
পোনসিদা তেনয়া অমনা
তুমখুন তারম্মী 'তুংশিবা মুয়গী
পোৎলুয়া' মপোৎ কারক্তনা;
মুয়না চিংখোকখিবা অন্থুবা
খোম্থাংনা লৈকোলদা লৈয়াংশিং
অন্থুয়া প্রমানবু থম্রম্মী
খোঙ্দুল ওইনা চিংহনা।

অন্থুয়া, চৎলুরে বুক্তগী থুয়াদা,
গীর্জাগী মথুংদা, মজ্জিদতা,
অহুগা মন্দিরগী থম্বালদা।
পাউথুমদি অন্থুম লোৎপীব্রে।
লৈচিলক্তমক উই মীৎলুসিদা,
ওয়াহনা হুংক্তমক মূর্তিশিংমু,
অহাংবনা অহাংবদা তারক্তনা
ওমথৈ অহুগী চেকপলহুংদা
খম্বিখি, তথগী পুক্নিংগী
হুণ্ডাইবা অমম্নুং থাজবনা
থম্নবা পাত্রক্তমক ওইয়কখি।
অহুনা ইপাক্তুদা চাউজবা তাখি,
অতৈ করিম্নু উবা ওমথিদে।

খোংশানুনিংলিবা খোংচৎসে,
ইশাগী য়াংমদা,
চেকপল অসে লান্দুনা,
পাজলবু চিংথোক্তুনা
ঋষিগী লাইনিংগুম ওহবা অসি মুথৎতুনা,
মৈচাকপু পীত্তনা
চেকপল অসিগী য়াংমদা,
'লৈকোলহুমক্কী লৈয়াংশিংগা' শাম্নবা
পাম্লিবনি,
লমকোয়বা অমা ওইনা,
'ফুরাহুবু' মঙদম্নদুই অম্মুম্না।

অহুবু হায়বত্তমক থোক্লে,
য়াংলবা সৃষ্টিবু য়েংহুনা
ফুরাদলালগী মীকোদা, অম্মুম্না
তাইবংগী সেবাদা ওইরকই......
চেকশিন্নবগী, খোশাদবগী, মহৈনা পেন্নবগী

তাগ্রবা ওইহুনম্মু কয়ারক,
লীক্লাদা ফমহুনা, মীকুপকী হুণ্ডাইবদা,
ওইহুনম্মু, অম্মুম্না
চীথান্দা তোংহুনা রোকেটকী মাংলেম্বদ
থম্মোয়দা থমহুনা থৌনাগী শক্তয়বু,
তাইবংগী মিংশেলদা ক্লোয়থি থীহুনা
হুংজ্রেং হুংগ্রাইশিংসে,
থাজগী উহৈবু থম্মোয়দা চুপ্পদনা,
তাইবংদদি ওইত্রবা কৈদম্মু! অহুবু

মত্তোমত্তা ভারথি মিংশেল মিংশেলদা,
লম্বী লম্মাংনবগী, তরংগী অমম্বুং চেকশিন্নবগী,
থবংকমম্বু লৈত, ইয়ুমম্বু লৈত
রারীনত্তা তাহৎলবা লায়ুম অসে,
রাই ওল্লবা চিষান অসে,
থাউমৈগী ঈচেলসিদা।

থাউমৈগী ঈচেলসিদা, করিগুম্বদা
তু-মাই অসে হুঙাই-ইহৌদা,
মঙলান্নত্তা লৌশিন্দুনা,
শাগৎতুনা মঙলান্নত্তা, ওইনমক,
ফাউরবুনা থৌওং অমমম
লাপ্পত্তা, য়েংদুনা,
'কুমৈসে' য়েংনা থম্মোয়বু শম্বোকথি,
ঈরাপুনা 'মিত্রংগী খোংচৎ অমদা'
থাউমৈগী ঈচেলসিদা,
অমম্বা নোংলৈনা মৈরবদা।

নারদনা য়োরক্রে মরুম্থানদা,
য়োরক্রে মঙদগ্না চাম্নবীগীনাক্তা,
কৃষ্ণনা চাংয়েংলি তোর্ব্বান্দা ফমহুনা,
শম্বোক্রহুনা মুংজ্রেংশিংসি শিন্নুনা
মালংগী ইপোমদা খোংদগ্না
নারদ-নারদ-নারদ
মরী মরী মরী থোরকই
শাগৎলকই মথং মথং
মরুম্থান, মরুম্থান, মরুম্থান,

পুনকাউ কাউ সুঙাই মঙলান্দা
সুংশি-হিনাউসে পায়রুনা
থম্মোয়দা চৈথেং পীরুনা
থোরকই মথং মথং
খার্থদা, খার্থদা, খার্থদা,
অমম্বা খার্থদা,
অঙাম্বা খার্থনা' লৈচিলগা তুমগ্রবদা
সুমিৎ মুংবা মতম চংলকুদ্না
থম্মোয়সে শাফুরুনা কাহৎখি,
তুংগীদমক কোঞাক লৈহৌদা।

কনাগী মরালনো মসিবু?
ইশাগী ইরাললা?
অতোপ্পগী মরালনা?
লংশেকপা ঙমদরে সুঙাইবশিংসে।
পূর্ণিমা থাবলবু মঙলান্দগী মুথত্তদ্না,
আশাগী দালালবু থদ্গাইরুনা,
অশেংবা তাইবংবু থীবদা,
থোংকাপ নৌরা হন
আশাগী দালালনা কিম্বরুনা
মকুপ তান্ত্রিকাউবা, খুদমদা
থন্নবম্ন কৃষ্ণনা নারদপু
হিরাকপা অহুকাউ, মতুমচা
সুঙাই মঙলান শিংনা,
কায়নথংদা মতোমতা, কৃষ্ণগীনাক্তা
খুদমদা অপুন্না।

অহুবু য়াদেনে খুদমনা খুৎশাদা।

উপালশিংনা তোয়ব্লি,
কুক্কিলনা 'কুহু, কুহু',
আশানা কৌরি খুৎলাম তোয়না
অশিংবা শাহুনা, লৌশিংবু শক্তুনা,
অয়ুক্কী উশানা নোম্লি.........
চৎমিন্নসি, চৎমিন্নসি.........
কৌথোক্লি থোংবা থুদিংদা,
অহুগা উচেক-হায়ানা
ঈশৈগী তাম্বাবু তম্বিরি থন্নুংদা,
মালিনা থন্নুংদা কুন্দগী পরেং
লেংহনা খোগল্লি 'চান্নবা অহুতবু'
সুন্ডাই মণ্ডলান্দা,
কয়া কয়ানা মীতমহুনা,
মীচৈহুদা অম্নম তুংইনখি।



# অহিংগী থাউমৈ ঃ ৫

জহুবু থৌশাবীদ্রবা শঙ অমা,
খোংগাউবীরবা মঙলান, মঙলান,
লৈপুং বারীগী মনাত্তা,
লৈচিলগী খোংচত্তা,
শাশিন্না থোক্তুবসে লংশেকপীরবদা,
পুন্নবা কাউশিংলক্কুগী,
চেক্লাচানা নিঙমদনা, উপায় লৈত্তা
উমংগী মন্দিরদা পুহনা
ওইসন্নু শৈদম্বীবা শোয়দনা,
মরমদি থাজবা তম্রি ঙসিন্নু
মাঙথ্রবা কয়াগীলক্কা,
বারেপ্পি অম্নুম্মা,
কোমফুসিদা,
থবাক থদ্‌ম্মা লৈরোল চনথ্রবন্নু
অচুম্বা শক্তমদা আলকাট্রা তৈঙথ্রবন্নু
উশা উশাদা তোংলম্বা চেক্লাশিংনা
মিংশেল অসিগী মিংলেন্দা
সুঙাই মঙলান্দা লুপ্পদ্‌না।

অম্নুম্মা থংহৌদা।

লৈংথোক লৈংশিন 'তৌরিবা 'থাউমৈনা'
লমশেম্বীগী থৌওং লৌত্তনা অমুম্না
দুর্গ অসিগী মন্নুংদা
'শজিবু নোংলিকী' থৌগল লাংগলদা

খংহৌদে মঙমসে,
লৈংখোক লৈংশিন খুৎশাশিংসিদগী,
ঙাপ্রুমগী মশক্তা,
ঈশিংগী মমি ভমহুনা,
লৈচিন ওইর য়াথলদা,
শাইদাংঙদা শংফানবা অভিয়াদা
খংহৌদে হৌখিবা,
লাকপগা কোয়েনা,
ঙায়বগা শাগোম্না, লৈচিলনা করিগুম্মবু
নোঙ্গৌবীগী শৈহেক্তা লুপ্তনা,
ভুরেলগী ঈচেলদা ভাউহনা,
লাংখরে শৈহেক লৈশিং লৈশিং
হায়বদা, কৈদা থুংলুনি……
মালংনভা খুদম ওইরিবা
খুৎশাদভা ফাগে লাক্করিবা
ওইনমক, শাহমতা ফংখি,
লৈহৌখি অহাংবদা, শুক্লদা তাহুনা,
অর্থ অমদং থীবদা,
চৎখি……চৎখি……অশুম চৎ
মসিয়া খল্লি, মহুস্নু ওইরমদে,
শাম্নবুংগী গোলদা ভাউহনা
ফুটবলগী লাম্বুংদা খাজরুবা
অহুবু,
অর্থ পুম্নমক মাংখি,
ভাবকী ইরৈদা,
শাশিম্বদা লৈরবা য়ুম্ফমসিদা,

শাশিন্দুনা হৌখিবা কন্নাশিংসে
হায়রুনস্সু, শরুকসিদা,
তাউথরক্লি অঙোবা কাঙাশিং,
শক্তিবুগী নোংজুদা চোৎলবা ময়োনশিং,
শুক্রাচার্য্যগী খুৎনা অস্সুম লায়কই,
শক্তিবনিগী চক্ননসে হৈরুনা.
শাররি,
খোংদয় 'মরুদা',
তিল্লরি,
থাজহল্লি ঈরৈ অমত্তংনা,
পন্নুং ওইরবোই নিংহল্লি
লম্পাক অসিদা,
'নোংজু অহুগী' মীকুপ্তা
লৈপুং বারীদা নোক্লি হৌনা হৌনা
মৈথুগীলক্তা লৈচিঙ্গু খুম্বা ওই
লীৎখোক লীৎশিন তৌরিবা থাউমৈনা
খুৎশাশিংসিদগী,
খুরুংবু লীরুনা,
ডাপ্রুমগী মশক্তা,
মাংবত্তা ওইরুনা,
ঈশিংগী মমি তমরুনা,
শক্তিগী বাংমবু উত্তুনা।

ওইরয়ে মামরমদবা......

নংগী, নংগী,
ঐগী, ঐগী,

মাগী, মাগী,
ফল তিন্নদবমক্তদা
নোংমা মিতয়ুখি
'অঙকপা' অমসুং 'সমক্র কুটিনা'......
চাংজৌন অমম্বদা......

মীকুপ অমদংহুগা সিন্দুরশিংসে
চেম্বখি ভস্তনা,
হায়রবদা,
নোংজুগী মচুদি ?

য়াহংনভা পোখালহল্লি থম্মোয়বু
খোংনাংগী মন্ত শেম্নহুনা;
'পাপেট সোদা' থবায় হাপখি,
মতমসু অসুম ভাশিনখি ।

চিংনবসু ভস্তনা হেক্তিল্লকই
অথক অয়াকলকসিদা ।

অসুমা য়াম্বয়সী থৈদোক্তুনা মহুদগী ।
কৈদা পাইরিবনো ?
কো শংবাইদো কৈদনো ?
চেবাংদা ভারম্মী শক্তম অমদি
থম্মোয়গী লায়ুমদা চুহুনা,
কিটসকী গ্রেসিয়ান আর্ন ওই
"অচুম্বনা ফজবনি", "ফজবনা অচুম্বনি"
শৈদমদা ভোংখি চেক্লাশিংনা,
সনাগী ইথক্লা ভস্তনা,

থাউমৈগী মরুমদা
চংশিল্লি, চংশিল্লি তত্তনা
লেপ্পা লৈত, লোয়বা নাইদা
ঈচেলনা পুজম্মী 'ফন্ম অসে',
অঙৈবহুগা খেম্নরবম্নু,
লৌনবা মারীনতা "শজিক থাবাগুম"।



## অহিংগী থাউমৈ : ৬

অহুবু লেপ্পদি উদে অমত্তম্নু।
তথক তথকপা শজিক থাবানা
থম্মোয়সিদা গুঙ্গা চেন্দুনা
থন্নংলুগদবসে,
অঙৈবমক, পোকথাইগদৌরবা ম্যাগমাগী
নাক্তা ফিজি ফিনাসে লৈরম্মী,
কোয়না তাউথরকপগা অঙৌবা কাঙাশিংনা
অম্নুম্না, 'মৈথুগী ইপোমদা তাউহুনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা',
থম্বালগী চরোংনা ইশন
শনখি, অহাংবা অতিয়া
খুহুম চনখি, মীংলু অসিদা,
তাউথরক্লিবা অঙৌবা কাঙাশিংসে
লৈনমুবু য়েম্নহুনা,

মিত্রংগী কাংশি' খোঙেলদা
তাউথরক্লিনে অম্নুম্না অঙৌবা কাঙাশিং
তুমিৎকী মশেক্তা, উকুল মরিক্তা,
তৌহুনা অমমম,
মশিং লাকঙমদা
উপাল উপালদা চংহুনা,
লৈকা লৈকাদা থংহুনা
অম্নুম ওইখি জয়দেবতো
হাংলবা লমপাক্তা, সুংশাগী মৈশাদা,
যম্বী যন্নাউগী সুংশি মঙলাম্দা,
শম্মোকখি কাঙাশিংসে,
লৈনমগী পাউজেল পুহুনা,
অম্নুম অম্নুম রাংথৎ,
রাথলনা পাইথৎ অত্তিয়াখেৎনা
কাঙাগী থুহং লীহুনা
লাইর অনংনা লেংলুই
পরেং, পরেং,
কাঙাগী পরেংগুম,
লমপাক অঙ্গদা খোক্তুনা
আশাগী মৈরা চুহুনা।

অম্নুম্না ওইররে,
লৈতরে ঙসিদি অম্নুম্না
খোম্থাংহু মমথরে,
'জল' হায়বনা নাপদা
মীৎলুগী পীরাংবু য়াকাইবা
খংদনা তাউবা অমম্বা মরক্তো

চৎথয়ে,

গ্রং, গ্রং, নোংহোগী মপৈনা
তত্তুনা হোয়ক, অচুম্বগী চাংয়েংদা,
নোঙ্গৌবীগী খোম্বাংদা লৈবা
য়াত্রহুনা, শিথা খদংনা
কাচিন কোয়া থুদিংদা,
তেনয়া-চেক্লাগী পাউজেলসে
তায়রি অন্নুয়া অহিংগী লিক্লালত্তা,
খুৎ অসিনত্তা মার মারহুনা
দৃশ্য অসিদা,
কোম্নুংগী মকুপ তাপ্রবা, কিম্থপ্রবা,
ফুরাদলালশিংসে তেলঙা ওইনা
থুৎপাইনা শাম্নরৈ অঙাংগুম,
নত্তে, নত্তে শকুমদি অম্বুম ওইরকই,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহুনা,
অনথা নোংলৈনা ফংবদা',
তাউথরকপা অঙৌবা কাঙাশিংসে।

চংশিথত্তা, চংশিথত্তা,
মমথি অমমম ওইনা
ওইহুনম্নু,
তথক তথকপী থবানমিচাকশিংনা
থম্মোয় থম্মোয়দা খোংদোয়রি,
লমপাক অসিদা লাউরি,
'উরু, উরু', 'ওরং, ওরং',
'কুহু, কুহু'

উরু অমবু খীবদা,
লৈরোলতুদা চংহুনা,
উফুল মরিক্কী অহাংবসিদা
পীবুকসিতবু নৈহৎলহুনা
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা,
মক্কমসিদা, খুদমশিংগী,
খুংলবগা থাউমৈদো,
অঙকপ, তমহুনা
থাউমৈগী আকর্ষন্দা মীৎচানৈ খুদিংমক
অম্মুম্না হৌখি,
কয়া, কয়া, কয়া,
মরী, মরী, মরী,
তোহুনা,
চাংয়েং, চাংয়েং, চাংয়েং,
খুদমশিংগীদমক্তা,
খুদমনতা সাক্ষী অমমম ওইহুনা
ভাগ্যচন্দ্রগী খোঙ্গুলগুম হুংপাকখক্তা
শক্তিগী চাংয়েংদা,
তাইবংগী তমপাক্তা।
অম্মুম্না লোয়প্রবনি।
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা
তাউথরকপতনি কাঙাখিংসে·

বুম্বাম্মু ওাল্লয়ে হুংশিবী কুঞ্জবনসিদা,
খুন্তা বত্তি পায়হুনা,
আশাগী পামেলদা তোংহুনা
কুকিলনা পাইরি,

হুংশিগী তর্পন কত্তুনা,
থাজবা অমসুং ভক্তিগী ঘুমকমদা
অসুম্না ফুন্নানা ডাল্লয়ে।

অদুবু, লৈবা য়াদে লৈকদসু,
চিয়ানগী বাহৈনা করিবু ওইরিবা,
খম্বদা খোঙ্গা,
অসুমুত্তা লৈহৌই,
তোর্ব্বানগী হুংজ্রেংগুম,
ইরোইনা,
মরীল লৌথোকপ্রবা থরোই ওই,
লৈকদা ওইরিবা খোঙ্গ।

'থুদমশিংনঙ্গা' ওইরি থবায়গী কেপ্টেইন।

'মখোয়শিংহুনা' পুবিরি থুৎপায়হুনা
মীৎতাংলবা ঘাত্রিকপু,
লকথঙদবা 'মখোয়শিংহুনা'—
খৌনাগী, কখোকপগী অমসুং অপেম্বগী
'হিনাউশিংহুনা' তোয়রি,
করিগুম্বমবু তম্না ঈচেলসিন্দা।

গঙ্গাযমুনাগী ঈচেলদা,
সমদ্রুগী ইথক্তা শাগ্নহুনা,
লৈরাং লৈকাদা লৈনন্না
মন্দিরগী মঙলান্দা শাগ্নহুনা,
লৈরিবা ঋতুগী
অসুম্না তাউথরক্রি
অঙৌবা কাঙাশিং.........

শঙবিরি কৈননো 'লনশিংবু',
'অমাম্বশিংবু' থৌবিরি, পুন্দুনা
ঈচেল অসিনা,
পম্বং অমত্তদা,
'তাইবংদগী মঙদা, মঙদগী তাইবংদা',
নোঙ্গৌবী থবায়গী মৈরীনা
অসুম্না লেঙলিদো
'কাংশিগী খোংচংকুম'।

※※※

# অাহংগী থাউমৈ ঃ ৭

পায়খ্রে খুদিংমক থুবাক্রংহুদা।

চাবিন্তবু কোয়গী খৌঞ্জে,

থায় থারগা মাঙলক্তা তারৈ
ঙপু পমৈং, ওখরগা অসুম্না
আঙেয়াদা শ্রেংলুই,
অঙৌবা কাঙাগী পাংশিংবু
লেংখি অসুম লমজাম্ন খম্না,
কুম্মগী লৈশাংকুম তাইবংদ,
ওইরিবা, নোংলৈ নুংশিংনা 'উরু, উরু'
অসুম চংশিনাখি, অসুম চংশিনখি,
ইপোম্না চিংশিল পুক্লিংগী

ইরৈবু, ঙাউনা,
মীকোৎসিদা থাঙমদা
উপুগী পরেংলক্তা।

লৈশ্রবদা শোদি, নোংলৈগী ইথক্তা
নকশিন্নমখৈ অন্থুম লাপথোক,
লেপ্তনা লৈহৌই গতি লৈত্রবা
চেক্লানা উকৈসিদা নপ্তনা
নোংলৈগী চৈথেংদা,
থাপ্না ঙাম্বা থাউমৈশু নীতানা,
থৌরিবা মথৌসে,
শিবতনা মনাৎ ওইরবে চেক্লাগী,
ওইরবশু সেলীনা
ফজবলকসিদা,
স্কাইলার্ক্কা চৎমিন্নখিবা লমদমগুদা,
চেক্লাদি ঙমদরে,
উকৈসিদতা লৈরম্মী ওইতুনা,
শিরবা ওইনা তাহনা,
লম্লোয়বগী থুদোল কয়ালক্তা
চাউবগী 'থাদোই চেক্লাবু' নমথাক
থৌবিতুনা, মরমদি
তুবিন্না উখিদে 'থাদোই চেক্লাদা',
থৈদোকপীরবদা মুঙাই-অক্তিয়ানা
লম্লাবনি থম্না,
অওইবা তাম্বদা
ইকাইবা ফংখি চেক্লাচানা

থাদোই, থাদোই, পী-থাদোই,
সুর পান্দুনা শৈহেক অত্তদা
ক্লোরোফোর্ম মহী' হাপ্লকপা
প্লেট খুদিংদা, চাকথুম চাকথুমদা
চংহুনা, ড্রাগসকী ময়াইনা
কাউখিবা মালংগী ইপোমদা
থোইদিং পোংমা অমমমতা ওইনা
থুবা ত্তমহুনা,
বাখলগী লৈনাসে ফংহুনা
চেক্লানা উকৈফিদা নপখিবনি।

অহুবু অমম্বা থীদনা, অঙাম্বা থীদনা,
'উরু, উরু' নোংলৈনা
অম্নুমৃতা পুক্লিংগী লায়ুমদা,
লম্বী চৎপনা, লম্বী চৎপনা,
মথং মথং থীবদা,
খোঙ্গুল অমদং
ইত্তংতত্তবগীথক্তা, সাক্ষী অমদং
থোশিহদা, চেক্লাদি নপুনা
লৈহৌখি উকৈফিদা,
নোংলৈনা পীরবদা চৈথেং,
নোংলৈনা পীরবদা শুহ্মংয়াই,
অচাকপা মৈচমগুম থম্মোয়দা ফুমহুনা
মীৎলুগী পীরাংস্থু লৈবাকা মান্নখি
থুদক্তা।

অহুনা ঐগী পীবুকসে,
চেক্লাদা থুংশিনৈ খুদিংমক।

অহুবু চেক্লাদি ওইরম্মে থুদম অমা
অমম্বগী,
অম্পুমৃত্তা কাউনবা, অম্পুমৃত্তা শিংনবা,
অমম্বা নঙনা খৌনা খোক্তা;
অঙাম্বত্তনা তিলহল্লে ত্তন্যদা
দধিচিগুম থাংপোক্কী খোংবাদা ফমহুনা,
তপ্পগী থুদম ওইনত্তা।

অহুননি চোংখোরকইবা,
স্বর্গ, মর্ত্ত, পাতাল,
মথং মথং, লোইনাইদা চেইনগুম
চেক্লাবু থুহুনা,
শরংসিদা থুহুনা
চেক্লানা নপখি উকৈফসিদা,
চংজফম থীবদা, অম্পুম থীবদা,
'দধিচিদো' লৈরমগনি মঙলাম্দা
'হুমিৎকী মঙালনা' থাংপোক্তা ঙান্দুনা,
চেক্লানা নপখি উকৈফোসদা,
নোংলৈপ্পু লেপ্তুনা ওইরি।

অহুবু ওইনমক,
তাউথরক্লি অঙোবা কাঙাশিং······
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহুনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা',
শক্ত্বনা বাশকপু,
মত্তোমত্তা ওইরকপা, মত্তোমত্তা চাউরকপা
বাশক্কী মশক্তা,

য়াশক্নী ফম্বালদা লুহপ উম্মিখি
চেক্লাবু উকৈদা,
মহৌশা লাইয়েম্বীগী শোথেকসে
অম্মুম্মা তাল চানা

কাংশিনা খিংলি, লৈয়াংশিংবু কয়েম্মি,
য়াকাইরনি আশাদা তীর্থসিদা,
করিগুম্বা অমথক……;
সিরিসে চন্দ্রনা……

অম্মুম্মা, য়ুমথোং খুদিংদা লৈয়াং চয়োং
উন্দ্রনতা হৌখি নোংলৈনা;
কপ্তুনতা লৈহৌবনি শকুন্তলা অদো,
কপ্তুনতা লৈহৌবনি নিংমদা মৈশাদা
শুম্মাংনা থাংহৌবনি থুমংগী ইমাশিং,
ওহক্তং লোইবদি লৈতবা।

অহুবু চেক্লানা হেন্দোকপা ওমদয়ে
উকৈসিদগী, হুণ্ডাইবা তমহুনা,
ইনাক্তা খোংনাংনা কালেনগী হুংশাদা,
ভেংবাম্বগী তমপাকসে.
পাক্লবা লবুক লম্মাংগী কুমৈদা,
থাউমৈসিনা লঙ্করি অম্মুম্মা
লাপ্পা লাপ্পা,
চেক্লানা উফৈদা, মীংয়েংবু থাপ্পা।

***

# অহিংগী খাউমৈ ঃ ৮

মন্ত্রগী ইলোইবা হেলোইগী মপৈ
মপৈনা পাইশিল্লি, ইরৈ অন্তগী
চাংজোবু শক শোন্দুনা,
ভক্তনা তোয়রি অভাং নবাগুন
মমাগী ভমপাক্তা,
মৈরা পায়র পায়রদুনা ফুজিল্লি,
পাৎয়াদা খোঙ্হাং তোয়রি,
ভাকাবাশিংগী মীৎতা ভন্তনবু থাদদুনা,
ভাইবং মীয়োম্মি হায়দুনা
ওহোক্না চানদা মখোলতা ভাদুনা,
'যম্বীগা' 'য়েমাউগা' য়ৈনবগুম ওই,
'অহাংবা লৈরিসিমক' শোয়দনা
নোংমদি শমজিল্লনি খাজনা,
হুংশিবা য়াৎত্রবা লমদমসিদা,
থম্বাল লৈকাগীলক্তা,
হুংশিবা লৈনম্না খম্মোয়সে হাদুনা,
ইচা চাথয়ে লাইয়েন মতুং ভাগুম
মুক্সবা মীৎয়েং অমদা,
জ্ঞানগী পাখৈনি খন্দুনা
হেনক্দনা, শখিনা হেনুক্দনা,
হায়বগুম বিশ্বামিত্রনা খাদোকপা য়াদে লম্বীসিদা,
ভায়দুনা লাম্বানা য়োম্নবা চাংজোদা।

লাক্লবন্নু মেনকা,
মীকুপকী সুঙাইবদা,
লীক্লাগী মরিক্তা মাংজখিনি অসুম,
নিঙমদবা মথৈসে পুন্থনা,
অমম্বা কাংড়াগাড়ঙ্গিদা,
বন্দিশিংগী চিম্বাংদা
থাজগী মায়খোংদা মৈথু অমমুং
অয়ুকী লীক্লা মরীক্তা
তোংলম্বা চেক্লাশিংসে,
মেনকা অহুগী জগোই শাথেক্লা
তাইবং শিম্বা থুংবগী ব্রারীদো
থানবা য়াত্রবা লীক্লাদো মালংদগী।

অহুবু শাখ্‌পা্‌তুদি তোয়রি,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা',
পুরহুনা লৈরাংগী য়েন্দাইসে,
লৈজসন্নু মতাগুম,
অর্থ, অর্থ, অর্থ,
ব্রাহ্মগী মকুপকুম,
চময়রবা চেক্লানা,
লম্বী চৎপগী মৈচাক্তা অমুয়া,
মঙদম্বা নত্তনা পাম্বৈ লৈখিদে,
অয়ুকী পোমশাৎনবী লৈপাকলৈগুম,
শৈহেক অহুতং লাংহনা,
যন্ত্রশিংগী শৈদমদা তাহুনা,
শরুং অমতংদা,

বাম্ব বাম্বনা, শিম্বা অমত্তদা
ওইনমক, লেংবিত্রবা মহৌশাসে
হজিন হজিন,
ওস্থোক ওনশিন, ওস্থোক ওনশিন,
লৈত্তেম অমত্তদা,
মহৌশাসে থাংলমগনিক্কো,
ভঙাইকদবা ওইবলা।

লোইনাইদে নোংথকী নোংথাংস্থু,
বিশ্বামিত্রগী লৈয়িদা,
ওকপা ভমহৌদে মঙাল অহুম্ভং
মালংগী মথাদা অম্বুম ভিনখি,
কনানা ওকপীয়িবা মঙালনো
থংদে মহুদি,
মালংগী মথানা সাক্কীনি,
পাম্মুইদা, পাম্মুইদা,
মঙাল মঙালসে,
অভিয়া শিনখিবা নোংলৈসে,
নংগী নত্তে হায়না চৎখিবা,
থৌশাবীরমদা লানখিবা,
পুক্লিংগী তীর্থবু থাদোক্লম
কৈদা পাংখিবা,
লীনিংই তত্তুনা।

উপাল হৈপালনা শিম্বয়ি য়েম্নৌ-ইরা,
যবী-যম্নাউনা খোংলি
কায়নবগী ভেংথাদা,

নাহেবগী খোঙ্জেলনা ইনিন নিনথ্রে,
লম্বীনি থম্না চুথৎলুবা
মৈয়া কয়ানা নিংবা কায়বগী খোঙ্খাংদা,
কুকিলগীনা নাহেখোলদা,
থম্মোয় অসি পুঙমদে,
তোরৈ অহুভংগী মীকোদা,
করিগুম্বা অমা বাৎপগুম্মতা তৌই,
মপাং কায়নরবা চেক্লাগী মশক্কি,
তাইবংগী মিংশেলদা তারিবসে।

অহুবু তাঙ্ডথরক্লি অঙোবা কাঙাশিং····
"মৈথুগী ইপোমদা তাউত্তনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা",
খোয়কলি অরুনি লৌরী ওইনা
গুরুগী লৌবুক্তা, ঈশিংবু থত্তুনা,
খোয়কুলি থুংলাই পায়রা লৌমীশিং,
হুংলাগী মৈশাদা যন্ত্রবু শিন্দুনা,
শেকপীশিংনা শায়রি অহিং অসিদা
'মীকৌ অমদা' থাঙমদা,
কায়রবা হুংগ্রাই চেকাইলক্কা।
তাজমহলগী দৃশ্যনম্বু অন্থুম পুজমখি,
কালীদাসকী মেঘদূততা তোংহন,,
অহুবু থাদবিরম্মী, কিম্বরবা ফুরাগী
হুংগ্রেং চেকাইশিংলক্কুদা।

অহুবু যন্ত্রশিংনা ওইখি কৈদা ?

বরিষানা লেপখিদে কৈদম্বু ।
শায়রৈ যন্ত্রশিংশু নিংতম্না,
উরক বারক মাংপ্রবসিদা,–
শিরোইলৌলিলক্তা মোনুমেন্টসি শাতুনা,
মৌনোক পীয়াংত্তুবু মনিনা থাম,
অম্বুম্না ওইরি ভত্তনা ।

অম্বুম্না, হম্না হম্না,
"মৈথুগী ইপোমদা তাউত্তুনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা",
শেন্দুনা লৈপাকলৈগী চরোংসে,
কুন্তাঁগী থুত্তগী লোত্তুনা,
হুরান্দুনা মন্দির অতুদগী,
পাউজেল্লি চেবাং অমদগী
চেবাং অমদা,
বিন্দু অমদগী চিংথোরকখিবা
লৈয়িশিংসে, মশাং লাকভমজবা ।
অহুবু করিগীনো খংদে,
লৈরাং চরোংনা লাউয়ক্লি :

"তম্নরোই লৈশাং",
"চৎলরোই লম্বীসিদা",

ওইনমক, নিংশিং শাখপতি লেগুরি,
যন্ত্রশিংগী ইরিক্তা,
মীৎলুগী পীরাংসে ইহৌনা,

'মৈথুগী ইপোমদা তাউত্তুনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা',

মমানা কোক্লৈ মচাবু……

মালেমগী ত্তমপাক্তা,

চেম্বয়ি ভুরেলগী ঈচেলনা,

থাদোকপা ঙমদা,

থাইনগী কোসিলশিংনম্বু শৈদম্নি নাপদা।

***

# অহিংগী থাউমৈ : ৯

গ্রেট ট্রিট্রয়েঙ্গলদা, মত্তোমত্তা তাংহুনা,

তাউথরক্লি অঙৌবা কাঙাশিং,

'মৈথুগী ইপোমদা তাউহুনা,

অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা',

মরু য়াউদবা ঙশা ওই,

চুম্নতা ওইরক্লি অপাইবা উপুগুম।

সেবাবু চংবদা,

'কোসিল' কয়াগী মত্তেংনা,

জগোইগী থুখেক্তা তাক্লক,

মীৎম্না থম্বালগী শায়েক্তা,

আর্টিষ্টকী থুৎশাশিং, অতুগা

বিন্দু অমদা থোংনাং শেমহুনা,

মালংগী মচুবু তমহুনা,

অঙম্বমথৈ চংশিল্লবনি;

গ্রেট ট্রিয়েঙ্গলগী যাত্রাদা,

মহাক্না অম্মুম চিংশিৱতনা,
অম্মুম্না তাউথরক্লি কাঙাশিংম্মু।
করিগীনো খংদে,
অঙকপা ৱাহন অমগীদমক
শক্তম অমদং থীবা খোংদোইরক্লি
অঙৌবা কাঙাশিং, ওইনমক
পাউথুম তাৱদা ৱাহংনা অম্মুম
হেনগৎলক, অম্মুম হেনগৎলক;
পাউথুমনি খল্লম্মু ৱাহং ওইরকই,
করিগীনো খংদে,
খোপসিদা শাকুপ্তুনা।

ঋষিনা লেপ্লম্মী 'ৱাথোকপনা' পুন্সিনি,
বিজ্ঞান্না তাক্লি 'মুঙাইবা লম্বী',
অম্মুম থীজিৱদা প্রকৃতিগী লনগৈসে,
অমমমতা ওইনা অঙাংনা
মুংহুম লংবগুম ইশিংদা,
শায়েকশিংনা মখে লাংলি,
চোকথবা তাইবংগী হৌনশা,
চোকথবা মীকুপ্তা ঙহাকুং,
স্বরদা য়াউরক্লবম্মু উৎকী মপৈবু মীতম্না,
কদায়দা চৎখি, লোয়দরি খোঙ্গুলদি,
ওইনমক লেপ্তুনা তাউথরক্লি অঙৌবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা'।
অহুবু থদ্কৎপদি ওইরি,

মসিগী মরিসি.

ঐশোন্দা শম্নবিমু হায়বদা.

মরমদি ঐদি খঙজদে কৈন্দু।

মীৎয়েংত্তা ওইনা হায়রৈ

অহাযদা. কৈরম্বদো মৌবা অমত্তং,

অত্থুদগী তাউথরকইবা মৌরা লীশিং লীশিং

'খোংনাং অসিদা;

খাংকম খংত্রবা উশা অমনা ফাউথিবা

অত্থুদগী. ঐগী মঙলায়া

করয়া খাদোকনি মরিসি হায়বদা,

কোয়না মুংশিবা কৈনয়া

শম্লবা কৈকোলসিদা

ম্বর হোম্বা হায়বমক

খাদোকপা ঙমদে, ঐগী মঙলান্দা,

বেক্কেরিয়ানা পাইরবা কৈকোলদা।

অম্মুয়া খাউমৈসে,

গ্রেট ত্রিয়েঙ্গলগী হয়াসে,

মাঙদত্তা কৈরবদা চৎপা খুদিং.

মত্থুতগী আশাদা.

মফমদি খংদা,

নোংজুগী তমুক্তা পাম্বৈ কৈত্রবা চেক্লানা

চান্নকুই চিঙ্খান চিঙ্খান চুপ্তুনা,

কাংসিসি খিংছনা.

তাইবংগী লীলা শাগত্তুনা।

য়েম্লিংনা লৈরবম্মু প্রকৃতিগী লনথৈগদা,
করিম্মু ঊখিদে,
মখোয়না থৌবা কাংখোংদা,
কাউবদি লেপত্রবম্মু অরা হুণ্ডাই
থারীদা, অওইবা তাহনা
খুহুংতা ইষতা,
লেপচবা শুমত্রবা ঊরীনা,
অচৌবা পালেমদা তাংহুনা,
শুম্লগী থরায় অসিগী মিংলেন্দা
মন্ত্রতা শোন্দুনা "তাম্রিকী লমদমদো"
চিষান্দা থমহনা,
খোংচৎপশিংগী থুহুং লীহনা,
চৎথৎলি লেপ্তনা,
মঙলান্দা অহুম্না,
অগাষ্ট মুনিনা হিমালয় চীংশাং
লানখিবা অহুম্না, ইম্নখিবা মচা অই,
অম্মুম চৎলি, অম্মুম চৎলি।
য়োৎচাবীগী লমপাকসিদা,
অম্মুম্বা খোংচৎসে,
চৎপা ফংজবা লাইবক ফবনি,
ওইনিংবা ওইসম্মু,
খুহুং ইষতা লেপগ্রয়োই,
হুণ্ডাইবা হুংলিকসি থম্লোকপদা,
য়োৎচাবীনা পুবা লমদমদা
অম্মুম্না, অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা,
তাউথরক্লি অঙৌবা কাঙাশিংম্মু,
তম্মগী হিংবগী মিংলেম্দা দণ্ডিবু ফংহনা।

অওইবমক, অময়োমদা
মীয়াম্না ঙাংনবা হায়শিন্বা ঙাক্তান্নি,
হায়বমক, মতমনা তাক্লকপা ঙায়বদা
চোকথয়ে পীবুকসে।
ঙায়দুনা কান্নত্রে অন্দুম্না,
চংশিন্বগী লীচিংদা
নৈশোকপা য়াত্রে তুমিন্না,
খন্মোয়গী ধ্বনিদা, লেমজবী
খোম্বাংদা চৎচবা মীপোক্তা
কারাব, মৈত্তানবু য়েংদুনা
লেম্বা ঙমজত্রে কৈদম্মু,
খন্মোয়গী 'ধ্বনিনা য়াত্রে,
চৎসি, চৎসি, হায়রি মখোয়গা
চান্ননা,
লাইরবী খাংপোকসে থাদোকসি হায়রি,'
খাংপোক্তী পীরাংদা তাউরম্বী চেক্লানা,
হৈমুন কারবা হৈরাংদা তোংলুসি
কৌখোক্লি, খন্মোয়গী ধ্বনিদা
অন্দুম চৎ, অন্দুম চৎ,
ওইদুনম্মু হকচাংনা খাংপোক্তা তাদুনা
লৈরম্বা, অওইবদুদি মীতারিবা
ওইবনা।

অদুবু নিংহন্নবা চুমদে।
চাংয়েংলি ঙসিম্মু,
অথ´ নৈত্রবা মপোক্তা,

হৈরাং চারগা হনখিসি
হায়বদা, গ্রেট ব্রিয়েজলগী সাক্ষীদা,
মিত্রংগী প্রাসসিদা।
অসুম্না, ভাউথরক্নি অচৌবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা ভাউত্তনা,
অমম্বা নোংলৈনা কংবদা',
হুমিদাংবাই সুভাইবা রিক্রেস্মা
মচু ভরেংকী মথক্তা,
অসুম্না চেক্লানা,
লৌবুক লম্মাংসিদা,
থাজবগী মৈরাদা চৌংশন্দুনা,
পুন্নমক ওক্তুনা থাউমৈগী মরুমদা,
থাজবত্তনা চুখি,
থম্মোয়গী লেপফমদা,
চাক্তারুই খোইদাবা ওইবা
অসিগাদমক, থবাহ্নসে কৎচত্নুনা
প্রকৃতিগী মীংলেন্দা।

***

অমম্বগী মথাদা,

ঊবগী পাম্বৈহুত্তা থম্মোয়দা চুহুনা,

সমক্রুদি লৈথরে, হায়ত্তনসু মথাদা

আকাশসু অসুম্না,

পুম্মক চনথরে মথাহুদা,

হায়হুনসু লৈজবা খিবক ।

লৈজবা খিবিকলক্তুদা কাপ্নিবা চিথ হৌম্নি,

অথাম্বা তোর্ব্বাম্মদা কম্মহুনা মীতম,

মিংচত্তং কংলদি হুড়াইনি মতম্ন,

টেকনিক কয়া পুহুনা,

ইতিহাসকী পনথে লেম্বগী মতম্না

কম্লিবা মথোয়শিংহুনা, অশিংবা শাহুনা,

পোথাবা লৈত তোর্ব্বানসিদা,

লৈচল লৈচল লেমহুনা ।

লৈরাংবা কয়াগী মঙ্গলসে উবদা

কিজৈনে তত্তনা,

এভারেষ্ট চিংদোম্বা শাংপা

লৈরাংতবু মীহৌনা,

মারীগী মথং তারীনা পুমহুনা

উৎ-বাইনা মীৎলুসে থুপাফিনখি,

অমম্বগী আক্রমম্বা ।

অহুবু,

তাউথরক্লি অঙৌবা কাঙ্গলং,

মৈথুগী হংপোমদা তাইহুনা,

অমম্বা মোংলৈনা কংবদা,

মীকুপ্পুংগী ওইবা লৈরাংশিংগী

তাম্বাদা, শিঙ্গারৈ লৈকাদা,
লৈনমা হারবা অহিংছুদা,
লৈকাদা মোনথাংনা,
তরংদা থম্মোয়সে তাহুনা,
খোইমুগুম ভাউনা লৈকাদা
লুপ্তুনা ইরৈসিদা,
ভাউথরক্লি অঙৌবা কাঙাশিং,
অথংবনা হৌবা খোংচত্তা,
কনাগী 'থংদা লাংদা' থূরগদবা
শজিগুম হুঙাইরি,
তিংথৌ মতোনশিংসে উবদা,
লিক্লাদা হুমিৎকী ভাঙ্গাবা মশেক
মঙালনা ঙৈবদা।
অহুবু, খল্লুবা থুদিংগী তুজুংই,
লৌবুক লম্মাংগী মতোসে,
ভুহুগা, অকোয়বদা লৈরিবা,
থবানমিচাক মপৈসে লাম্বদা।
অমুম্বা মৈথুগী মপৈনা পুহুনা
মংংলুসিদা, চনৈননা, চনৈননা,
ইংদাম ভাউচংনদ্রনা,
হুংগ্রাইলকসিদা য়াউরমদে,
ফংবদি ভমজত্রে থুনুঙবা,
অশেংবা পাউথুম অমদং।
চুমতা শাৎলকই খম্বালনা,
ইশন শন তরং মালংসে,
লৌবুক লম্মাংসে থূমদ্রদা,

কাঙাগী জগোইগা ইরোইনা,
বারেপ, বারেপকীদমক্তা,
বার্থসরার্থনা ভঁথিবা, সুংগ্রাইলকসিদা :
থম্মোয় অতুবু সুংশিবগী :
খঙজবদি ঙমজত্রে খাজবা নত্তনা;
অঙ্ক খোৎপা খোকত্রবা,
ইচোই চোইরবা থম্মোয়না
পুরকপা ঙমজত্রে অতুত্তং।
চীন অমিদি পৈরবনি,
চোকথরবা চীন্‌থাননি রারীত্থ লীবদা,
লামায় কয়া হায়দোক্ত্‌না,
মথং, মথং,
চোকথরবা থম্মোয়নি,
এসিদতু থকপদা :
     মত্তম লেম্বা হোৎনবদা,
অরাই অথুমগী হোলসিদা,
মাবুত্তদি ঙমহজরোই,
শিংনা হিনাউসে পায়তুনা,
ভাউথরক্লি অঙোবা কাঙাশিং,
মৈবুল মৈবুল চমথুনা,
হিংলিবসু চাংয়েংগীদমক্লি,
অতৈ কৈসু নত্তে,
পীরাংদা ইরোইনা কৌজবসু পেয়বগীদমক্লি,
চীংথুনা অসুম চৎপনি লীপুন অসিদা,
মীত্তোবু য়েংথুনা, মীত্তোবু ত্তমথুনা
নিংশিং লৈমায়বু হায়দোক্ত্‌না,
থাউমৈগী মরুমদা চীংথুনা

অত্তবু থম্বাললৈকাসিদা,
অঙৌবা কাঙ্গাগী জগোইদা,
করম্মা লানগনি সমক্রু অত্তমক হায়বা,
অসিনা ঐগী থম্মোয়দা চাক্লিবসিনি ।
অস্তুমত্তা খুনাথানি হুংগ্রাইশিংসে,
'জয়ধ্বনিগী খোল্লাউদা' মঙম্মে থম্বা,
'কৌথুপ কৌরুন খোল্লাউদা' মত্তোম্মে থম্বা
মীৎলু পীরাংগী মীনৈদা,
ডাউজরবস্তু অঙৌবা কাঙাশিং,
ওঙ্মোক ওনাশিন, ওঙ্মোক ওনশিন,
লমদাগী মথংদা শক্তিবু :
মৈরী অসু চমদনা ।
লোয়ননা চৎথি লৈপাল অমমম
থরায়নাদি পামজবা তমদনা,
হয়াঙ্গুংশিংকা চান্নত্রবদা লৈপাল লৈপালবু,
ঐগী মঙলান্দগী । অদুবু,
লাক্লি থাউমৈগী ঈচেলদি,
ঙসিম্ম চাংদনা পুবিরি লৌপুন অমদা,
থাউমৈগী মরুমদা চৌংদনা,
শেম্বীক্লিবা লৈকোলগী,
তোরৈ তোরে খুদিংনা চংলক্লি ।

⁂

# অহিংগী থাউমৈ : ১১

বসন্ত অয়ুক অমদা,
নাহেখোল অন্ত তাবদা,
বসন্তগী খোম্বাং কাইহন,
মচা কায়নরবা যম্বীবু লোয়ননা,
খোজাল অসি হাংদোকখি,
খুদোলপোৎ ওইনা ইথুম্বা শিন্নরম,
প্রকৃতিগী তমপাক্তা কোক নোন্দুনা,
রাহংশু লৈত্তা মুসলিমলা,
বাহংশু লৈত্তা হিন্দুরা,
বাহংশু লৈত্তা খৃষ্টানরা,
খুদোলপোৎচুনত্তা মক্ক ওইররে,
তাইশনৃবা অমমম চংবন
মীকুপ মীকুপকী,
অঙৌবা কাঙাশিংনা তাউথরকপগা
লোয়ননা, মীকুপ মীকুপকী
বাহংচুত্তা লাকই :
গৌতমবু খাম্বদা তমখি কনানা ?
কলম্বাসপু কনানা খাম্বা তমখি
লম্বীচুদা, নীল আর্মষ্ট্রংবু লম্বীচুদা,
নত্রগা তাউদবা তমখিদে আইনষ্টাইনবু
মশাগী লম্বীদা,
পাৎয়াইসিদা কাঙানা শান্নবগুম,
থম্বাল লৈকালক্তা,

জাংসনগী ফজবা মণ্ডলাম্দা,
মতোমত্তা পাইজরকনি চেক্লাশিংসে,
মতোমত্তা শাম্নরম্বনি পাৎয়াইসিদা,
অথৌবগী ইয়াইসিদা,
পাম্বৈবু পায়দ্‌না,
ভজনা তোয়রি'
'মৈখুগী ইপোমদা তাউহ্‌না,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা'
পুম্নমক ওষ্ট, পুম্নমক মাং,
কুফেৎ কাফেৎ তম্লনগুম ।

অথাম্বা থাউমৈদ্‌ত্তগীনি, নিঙমত্রিবসে,
লৌবুক লম্ম্যাংগী মৈচাক্তা ।
ওইজসনু, ওইজসনু,
পঙওইত্তা ওইজসনু;
অঙৌবা কাঙাশিংস্ন তাউথরক্লি,
পাইশিল্লি লেপ্তুনা,
উমংনা শুক্লবা চৌংদোম্দুনা,
ঐগী মণ্ডলানবু পহ্‌না নোংমা,
মুসলিম হুপীগী মায়থুমক শিংহুগীলক্তা,
লাইরিক্কী লামায়দা কারান্না,
প্রকৃতিগী ত্তমপাক্তা কোক নোম্মুনা,
অথাপ্পা থাউমৈনা ঐবু করেমহ্‌না,
আরব সভ্যতাগী লৈমায়বু
নাক্তা চিংহ্‌না নোংমা,
বসন্তগী অয়ুক অমদা,

সেলীগী স্বাইলার্ককুম শগোকখি,
থম্মোয় হুনা, থাউমৈহুগী
শরৈদা, মীৎচাননা
খুদিংমকসে ঙংলখি নুংশিবা মুমু
খিংহুনা, ওক্ষৎলবা ঐগী নাপদা,
স্বর্গনা কৌরখি খুৎলাম ভোয়না,
মৈরীহুনা থর্ম্মোয়দা,
থাঙমদা মৈচাক পীহুনা, হেম্বোক্লা
অনিদগী, হায়দোকপা খুদিংগী,
লমদম লমদমগী, মৈরী মৈরীনা,
অথাপ্পা থাউমৈনা সাক্ষী ওই,
মঙাল অমম্তুগী মথাদা,
ভোঙান ভোঙাবা কালচারগী
লৈমায়শিংসে, মৈরী মৈরী ওই,
দেবালীগী কেন্দলশিংগী জগোই
খুধেক্কুম, থম্মোয়গী স্বর্গ শেমহুনা

অপুন্না হায়নিঙাই লৈকদে;
ওইজসনু জাতি বিজাতি,
ওইনমক থাউমৈগী মীকৌদা,
তাম্নাগী তাম্বাঙম,
মুর অদ্ভুতংগী মৈচাক্লা,
নুংশিবা মরিক অমত্তং পীবদা,
ইখৌলাংলবা খোনাউদা, ঈরোইনা
তাউথরক্নি অঙৌবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহুনা,

অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা' ঃ
ইশাগী তা ওইবা পাম্বা,
ভেংগকীতা হিংবা,
নিশাগী তাইবংদা ঃ ওইররি
থৌনাগী ইপাকসে,
মাংদা হিহোম্বা হৈতবগী,
থংদে কয়ানি তমখিনি,
মতম লেম্বা শাহনা।
পুম্নমক তাউথরক্রি; পুম্নমক তাউথরক্রি,
থোংথাং থুদিংগী ফিনাশিংসে
তাইশিনবতা তমহনা,
মতম লেম্বদা,
কুহাগী হঙোইশুম
থাংখিনি নোংলৈ হুংশিংলক্তা।

অহুবু, দেবালীগী অহিংসিদা,
অমম্ববু কোকহম্বা মৈরা অমমম,
চুহনা অশোম্বগী পাম্বৈ ওই,
তাল্লি য়ুমপোং থুদিংদা,
লৈনমগী য়েম্নিংবু নিংশিং, নিংশিং,
মালংবা শক, নিংশিংবতা ওই,
কম্লনাগী লৈচিলনা,
শায়োনগী মশক তম,
ময়ুম য়োৎতমদা মরুভূমিগী লৈমায়দা,
রাম্হনা তারবা যাত্রিরা,
নামিবা হুংশিত্তা ঈরোইবশুম,

কৈগী মাংদা ককুাং খাবিত্থনা
ঙাকশেম্বীরি,
মাংদ' চাক্লিবা দেবালীগী কেন্দলশিংনা,
ইতিহাসকী লৈমায় লৈমায়দা
চাক্লিবা মৈঙালনা অমম্পুং
ঈরোইত্থনা মৈঙালদা,
খেম্বোয়না নোংককই মীকুপমক্তং,
পাক্লবা লম্কাং অসিদা,
যজেন্নহাগী শান্নফমসিদা।
অত্থবু শাগৎপা ঙমদ্রি ঙসিম্বু।

থৌরাংনা লমজং অমত্তংত্থদি,
শুম্নগী থাজবদগী :
থাজবদগী চেম্বরকপা ঈচেলদা,
থাজবা মাংখিবদা লোয়রগদবা
পৃথিবীগী খোংচৎসে, ঐগী
মঙলান্দা,
মরুভূমিগী লমজায়সিদা,
ঐবু ঙাউচৎনবদগী কম্বীরিবা,
ফুদোরকপা তালনি খুবাক অসিদা,
ঐ হিংলি হায়বগী খুদমত্তা ওই।

***

# অহিংগী থাউমৈ ঃ ১২

শেংনা হায়রবদা হোসপিটাল ওই,
নাপ অসিদা,
করিগুম্বা রাণ্ডে পুকৈসিদা,
অমম অণ্ডাল অনিগী
মরাক্লোই ওইবা লীপুন্না
পুরিবমথৈ, পাঙলগী মমিদা
করিগুম্ব রাণ্ডা, নৈরাং থোইমুনা,
শুম্নাংলাংগী লীপুন্দা থুত্নুনা;
যুমথোং যুমথোং - থুদিংদা
পালজেলবু থাদরি থাঙবা ইপাক্তা,
অরাং অপা নৈত্তে তাক্নুনা,
মঙগী আলকাপুরবু,
শারোন তম নৈরাং নৈকালক্তা
ঙাউজবা পাম্বা থম্মোয়গা
নৈশেক নৈশদমদা, মীকুপ্পদ মাংহন্দা,
শোয়দনা ওইরবনি করিগুম্বদি,
নৈজুংশি নৈহাউগী, চাউজবা লমদমগী,
থোইমু থোইরাগী ইথক্তা তাউহুনা।

থংইনে থুৎ অসিনদি করিগুম্বা
অমদা, চৈত্ত ওইরি হায়বা;
থুৎপাই নাম্বোকপা মীকুপ্তা,
থংইনে মাংখিনি হায়বা,
সমক্রু ইথক্তা নৈরোন চন্দুনা,

অরাং অপা লৈতা,
শৈহেক শৈদমগী থৌজালনা
মাংখিবা মীকুপ্তা,
সুংশিবী লৈনমবু যক্কগুম কাড়াগারদা
য়োহিলং থাংখিবা মীকুপ্তা,
রাদবা ভমদে, কায়না মৈশা লাংহ্নুনা,
লৈকোল অসিবু থাভমদা।
অতবু নোংহৌদি লৈখিনিকো অতিয়াদা,
কোরৌগী থৌজালনা শিন্থুরিবমখৈ,
নেপোলিয়নগী খোল্লাউবু ইরাংনা,
থম্মোয়গী বীনাসে তংহন্দা,
নোকখেবগী খোল্লাউগা কোন্ননা,
হিয়াং তাম্নহুনা ইয়ায় অসিদা,
শুম্নগী মতম লেম্বগীদমক
থম্মোয়গী ঈরাপ্তা, লৈরাং লৈকালক্তা,
শৈহেক শৈদমহুদা বীনাসে চীংহুনা,
মমিং মান্নদা, ইয়াউদি অমম্তা,
থোইবী অমম্বুং বুদ্ধদেবসে ওইরবনি ঃ
অমনা যৌবনগী মচুদা,
অমনা সাধনাগী হপোমদা,
ওইনমক থম্মোয়গী লীপুন্দি,
ওইরহুনা ঃ অনিংবা অমম্বুং অলুপ্পগী :
লম্বীদা, সুরছন্দনা থোৎনা,
ভাল্লুরি অথাপ্পা থাউমৈগী মাকোদা,
শোংলবী গঙ্গা চিংথোক্তুনা,
থাপ্প, থাপ্প কৌ,

মীৎজুনা অথাপ্পদা মীত্তম্বদা.
ফুটবলসি কাউহনা, ইনাক্তা,
শিংনবা তান্দুনা করাপশনগী লমজায়দা,
হিয়াং তাম্‌হনা ইয়াইগী মীংলেন্দা,
অকাউ নিংশিং অনিগী দম্মিসে পুন্দনা,

ঙানথরে যক্কগুম কাপ্পাগয়দা।
অময়োমদা, নোংহৌনা অভিয়াদা
মনিং তম, ফজবা অমম্বুং মুংশিবা
কয়াবু লৈরাংগী ইরৈদা, তাহনা,
আক্রমন তৌবা তমহনা,
পাউজেলগী মঙলান্দা, অভিয়াদা
কয়নাগী থাজসে ঙাম্বগা।
কোয়না, মালেম লৈমগী তম্পাক্তা
লৈমা নিংথৌগী খোগল লাংগলনা,
ইশিন শিন্দোকখি।
অহুবু ঙসিদি, চোংথোরক্রে
শায়বগী খোংগাউম্ম্‌ কাউথরে,
হিনাউ শাবা থোকত্রবা অহুদা,
পঙথবা নত্তনা উপায় লৈতরে,
মমাগী মুংশিবা ফংত্রবা ময়াউনা,
হিনাউ য়াউদবগুম রাজনীতিগী দশাদা
তাহুদা,।

মত্তমহুদা,
থাউমৈ থান্দনা মন্দিরদা,
অমম অঙানগী তাইনফম

খুদিং খুদিংদা, ওইরকখি.
ঙমজক্তনা পুক্নিংনা ক্সিগাউ শাবা,
থমহুনা ঙকচা ঙকচানা মখোয়শিংগী
মতৌসে য়েংহুনা ইত্রগুম লোৎচরে
থম্বালগী লৈথোক্কা ; লোৎলুনি অচৈতন্য
নিমগী মরুদা, তীর্থ তীর্থ খুদিংদা
ইরুগুনা, পম্মুংগী মঙলাম্বি কাউথোক্লদুনা,
কোংদোকপা ঙমত্রবা, অরোবা লাম্বী ওই,
শকওন ওন্দুনা,
প্রকৃতিগী তম্পাক তমপাক্তা,
লখী লম্বাংনয়বদা ।

পামদা পামদা মতমসিদসু,
তাউথরক্লি অঙৌবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহুনা,
অমম্বা নোংমৈনা ফংবদা',
খোম্বাং মৈরবি সুরগী তোমৈনা,
তোঙান তোঙাবা সুর পুহুনা,
কোলোই চম্লবা থহুংদা,
মালতি লৈনম শাৎকাইবা মীকুপ্তা,
মশা মশাগী লৈনমদা লুপচনা,
করিস্নু বাত্তা পূকৈকসিদা,
পাজলগী মমিনা তমহুনা
করিস্নু বাত্তা,
মালতি লৈনমনা কিদমহুত্তং য়েন্দুনা ।
অন্নুম্না লৈকোল অসিদা,

মৈঙ্গালদা লৈতেংহৌনা, চামথোকপী
প্রকৃতি লাইরেম্বীগী লৈতেংনা শাহুম ওই,
মালংগী তাম্বাদা অরাম্বনা হেনগৎলক,
অস্থুম অস্থুম।
লোয়নদা অস্থুম্না,
ফোংদোকখি,
থুৎশোক থুৎশোক্না, প্রকৃতিগী তম্পাকসে,
চেইন রিয়েক্সনগুম মরী মরী :
ফংহৌনা প্রকৃতিগী ধ্বনিসে,
অতিয়া শিন থুংলকই,
থকুংদা ইনিল নিনখি ইদোম,
খোল্লাউদা,
লাল্লবনি, তোল্লবনি হায়বগী,
ঙাউচৎননা, অরাম্বা অহুনা চপথাইত্তনা,
শৈদম্মা য়েল্লবদা।

অস্থুম্না, তাউথরক্লি অঙোবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহৌনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা',
ফুমশিংসে অস্থুম চেম্থখি,
ক্লোটিং পার্ক কৈবুলসে,
অস্থুম চেম্থখি মঙলান্দা,
কৈদনো থংদে,
অথাপ্পা থাউমৈগী মরুমদা থংগুদনা
অস্থুম্না.
নিশাগী তাইবংদা, অপংবা পুক্নিদা,

ওইথি মচুত্তুদি নিংবা কায়বনা,
চংজকম অমম্ভুং নোঙবগী থিদমবু
পুথনা, ঙমথৈদি লৈরমদে স্বরসিদা,
করিম্নু ফংখিদে ঐগী ইত্তিক্কা,
ইমাগী সেবাদা।



# অহিংগী থাউমৈ ঃ ১৩

স্বরসিগী লীপুম্না মংদম্বতনা
ওইখ্রে লুঙাইবা;
হেম্না হেম্না লুপ্লীবমথৈ হেম্না
হেম্না লুঙাইবা ওইথুনা,
ওইখ্রে হৈনবী লম্বী অসিদা চৎপনা,
থাউমৈগী যাথুদা লুপ্তুনা,
পঙওইত্তা ওই মৈথংবীগী মচাশুম।

অথুবু অবাবদি,
করিগী কিরিবা বাংমথুবুদি,
অতোপ্পা অমা থম্মোয়দা লাকপগা লোয়ননা,
অমম্ভুং ঙসিগী তাইওম্নবা অমদা,
অমম্বত্তা ফংই, অমম্বত্তা ফংই
লমদমথুদা।
অথুবু তত্তুনা তাউথরক্রি
অঙোবা কাঙাশিং.

ঙহাক্তী লৈশাৎ তমহুনা,
শিঙ্গাবৈ থৌরিসে পায়হুনা,
মেনকাগী জগোই শাথেক্কা,
ঙসিগীতা হায়হুনা,
ততুনা তাউথয়ক্লি কাউশিংসে
অন্দুরা,
লম্বী অসিদা চত্নুনা,
লৈজদা কৈন্দু খর্স্মোয়দা,
লম্বীসে নত্তুনা;
অত্তিয়াগী থবানমিচাকশিংসে নত্তনা,
লৈরাং লৈকাশিংসে নত্তনা
ঐগী হায়বা কৈন্দু লৈজদে ।

শামুজসঙ্গু সমক্রু নাবিকশিংনা
অত্তিয়াগী কুশৈদা,
লৈরাং লৈকাগী মীনোক্কা,
পাউজেলশিংসে পুহনা,
জ্ঞানগী পূকৈ শাগৎতুনা
মুংগ্রাইশিংসে শেংনা খুনজসঙ্গু
তোর্ব্বানসিদগী ।
কয়া কুইনা তোর্ব্বানসিদা লৈখিগদবা
মঙ্গুদি খঙদেঃ
যন্ত্র যন্ত্র চিংথোক্কুদনা,
তোরিবমখৈ লৈয়োলসে,
মথোয়গী নোকথেবগী থোক্কেলদা
পুমনিজ নিজ,

মতিয়া মকোয়বু মমাগী
নাউয়োম শক,
লেরাং লৈকাবু থাউখোংসে পুন্না,
চিংথোক্লিবমথৈ থাউসে,
পুকৈগী মুংঙ্গ্রেংমু হম্বদবা নত্তে।
অহুবু মীনুংশিগী ,নাংলৈনা শোক্লবদা,
নাকপা কপ্পগী পুক্তিদা,
অঙৌবা কাঙাশিংনা যাম্ন ত্তোমুনা,
টিউবলাইটকী কুমৈ য়েংহুনা,
কুকেৎ কাকেৎ, কুকেৎ কাকেৎ,
উপাল হৈপালশিংনা নোংজুদা
নাকখেহুনা,
উহৈ-য়াহৈগী মনমনা চিংহুনা,
চেক্লানা উপালদা শৈদাংলি,
নোংলৈদা চৎঙমদা,
উশালক্তা লোত্তনা,
মতুমমাল থুপ্পনা,
খোংচৎকী মীংলেন্দা অস্নুম্না
কাহুংবু লৈত্তেংলি।

অস্নুম্না তাউথরক্লি আঙৌবা কাঙাশিং,
সিস্নু শায়োল্লি মমাউশিং,
মথুপী ইপোমদা তাউহুনা,
মম্বা নোংলৈনা ফংবদা,
দোক্তা খুৎলাইবুদি,
ওল য়াওলনি হায়রিবশিংবু কক্পদা,

অনৌবা য়েন্নিং হুষদা,
খুংলাট অমত্তুগী ঋাহদা,
মচুদা লুপ্তুনা খবায়সে,
লম্বী অসিদত্তা চত্তুনা,
হৈনবী অসিনা পুন্দুনা।
অওইবমক, ব্রহ্মানা পান্নবা মীওইপোক্কি,
সুঙাইবগীদমক লাকপনি,
অম্মুয়া,
নিশাগীদমক, চাবগীদমক, সুঙাইবগীদমক,
মাঙোলদা খোংগ্রাই শং,
ওইনমক অম্মুয়া,
ঙুদবা ঙমদরে খাঙমৈথুবুদি,
অম্মুয়া অথাপ্পদা ভত্তনা কৌরিবা।
ঝাজেনে থরায়সে,
কৈদা চৎলুসি হায়রিবনো?
নোংলৈলক্তা করম্না পাইগনি
মশাসে খপ্তুনা?
মৈথুগীলক্তা মীৎলুসে
করম্না পাংগনি?
অত্তবু মৈথুগীলকসিদা,
হিংবা ভম্বনি ইপাইপূবু নিংশিংহনা,
মখোয়গী থৌরাংবু য়ান্দুনা,
হুপ্পগী মখোয়না হিংখি হায়বগীদমক,
লৈরাংনা লৈনম শন্দোক্কি হায়বগীদমক,
ভত্তিয়াসে পুমঙাল ঙাক্কি হায়বগীদমক
লম্বী অসিগী মিংলেন্দত্তা।

অথাম্না থাউমৈগী মীকোদা
হুণ্ডাঈবা পোক্ন্না,
থম্বায়গী লাইজম্থু চেম্থবনি,
ইয়ায়সে শেমহুনা,
হিনাউসিবু থুম্বা শিম্নবিহুনা

অমূকম্থু, নিংশিংলক্লে ঙসিদি,
চিরবা মীকুপ্পা,
ধ্রুবগী নারদ কৈদা চৎথরে,
লমম্তাক অমম্তুং কংক্রবদা,
চিংনদবা ঙমদে,
কনা হায়হুনম্থু য়ারক্নাই,
হৈনবী অসিগী নিশাদা লুপ্পনা,
কুক্ষেৎ কাক্ষেৎ ভোদবা ঙমখিদেদো,
থাজম্থু নোংহৌলকসিদা,
মালেমগী মীংলেনবু শোম্বদা।

মন্তমগী রাহংদা কয়ারক কায়থ্রবনি
শিড়ামিদ, তাহৌরহুদা মালেমসে
লম্হাং-ওইনা,
ঐগী মঙলাম্দা,
অথাম্না থাউমৈগী মীকোদা,
কাণ্ডাশিংগী জগোই শাথেক্না কোম্ননা,
নিংবা কায়না চেম্থখি,
তুরেলগী ঈচেলম্থু,
বসন্ত লোয়খিবগা হৈকোলসিদা।

লুংশিগী ইপাক্তা অম্থুম্না,

অৱা মুঙাই য়াম্লহনা,
মরমচং অমদং থীবদা,
খোংচং অসিগী আশাদা
থম্বা ভম্বা মপোক্কা,
অথাপ্পগী থাউমৈনা লক্লিরিভে,
থাউমৈসিগী মরুমদা,
মৈচাক্কুনা খেঙ্গাইরিবা ত্তোংশা অসিদা,
পুথোক্লিবা খোঔং খোৱম কয়া,
চিন্নান খুদিংদগী, প্রোগ্রামসিদা।

***

# অহিংগী থাউমৈ ঃ ১৪

মসিনা থুদম্মি,
ভম্ভনা খোম্থাং ময়েম্বিবা কুকিলগী
বসন্তগী সাক্ষীদা স্টেচুশিং অসিনা,
মীওইবগী ইথিল পুম্বা থাদোক্তা,
মুংগী স্টেচু ওই,
নোংদৈ ঙুংশিংলক্তা,
তাইবংনা মচাবু মুংশিনা য়োকচবা
অহুগুম, মঙলানগী পাম্বৈ পুহনা,
ঈশিং ঈচাওগী চৈথেংলক্তা।
ছায়ম্বিবা স্টেচু অসিমক
ভাবনা লাংথিবা কুন্দগী পরেংনি,
অহুমা

খুদম অসিমক ইখুৎনা
লৌখৎচবনি,
লোংবৈ হুংশিংসিবু চিংখিবা
ঙায়বনি,
তোর্বান অসি থাদোক্নবা।

মাংখ্রবস্থু শাকন্ কয়াদা,
থম্মোয়গী কোজোয়সে,
মথং মথং থাদোক্লি,
অমুকস্থু খন পম্বনং লৈরমগনি,
অমুকস্থু খন লোইনাইদবা ওইরমগনি,
মীৎলুসে হায়দোকপা ঙমদা,
অকম্বা শাকন্দা।

নাপদা য়েরখিবদা নোংজু কয়াগী
থোজেলনা ভস্তুনা,
নাকয়েঙ্গা সুংহুমগী চরোংবু
শক্তন্না,
লৈরাং কয়ানদি থম্মোয়দা
চৈনী পীরখি।
অহুবু ভাউথয়ক্লি অঙোবা কাঙাশিং,
'ঐথুগী ইপোমদা ভাউহনা,'
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা,
নৈনবা শক্তন্না চেমায় অসিদা,
চংশিনগী মিংলেন্দা,
পম্বংস্থু ভাক্তনা,
অম্বুম্না থোক্তন্না, প্রাককী চেমায়দা

ঙসিন্নু ক্লিবনি ভোর্ব্বানসিদা
শিরবা কয়াগী শরু কয়ানা।
অদুবু, করম্বা মতমদা,
মীপাইচাউবী লৈকোলগী খোইমুনা,
নরকংকালগী নাপদা,
নপ্লবা ওইগনি হায়বগী
চাংয়েং কয়াদা লুপ্লাবা, অম্মা
ভোগীনি, হেনফদবা ওইবনা
অঙকপতনা পান্দম ওইবা লৈমায়সিদা,
লৈরাং কয়াগী ভোর্ব্বান্দা
ফমজুনা, থাউমৈগী মীকোদা
পূক্লিং শুক্মৎ, যাতু কয়ানা
তারবা থম্মোয়সিদা।

মসিনা খুদম্নি,
অতনা খোম্থাং য়েরিবা কুকিলগী
বসন্তগী সাক্কীদা,
খোংগাউবীবতা, খোংগাউবীবতা:
বুদ্ধগুম লৈম কোনুংদা ওইবনা,
মৈশাত্তা লাংলরে পোম্বীচেক্লাশিংসে,
বসন্তগী উফৈদা ফমজুনা,
মুংশিগী ইথক ইহোনা,
মুংশিগী মুরনা লেপত্রবম্বু,
মৈশাদি লোয়দরি।
অদুবু, অমুকম্মু,
তাউথরক্লি অঙোবা কাওাশিং,
মঙলান মঙলানবু পুরবা হিনাউশিং,

লেপ্তুবি হিহোৎপী মা-পদা,
কুহিলগুম শৈদয়া,
লেংদোক্লি উমং য়ামংশিংসে,
গঙ্গাগী ঈচেলনি খন,
গ্রহগী মিংলেম্ন্ শোন্দুনা,
মহাবীরহুদু লেপথরে উমংহুদা,
গুস্থদা ওকুনা 'খুদিংমক',
গুস্থদা তিন্দুনা,
চেইনসি চিংখোকপমখৈ,
লৈকাদা খোংদয়া ।
অশুয়া, ইশন শনখি হুংগ্রাইশিংনা
ভোর্ব্বানসিদা,
মরী মরী মঙলান্দা,
ঈচেলসিদা ভর্পনবু কত্তনা,
শকখঙদবশিংগী মীংলেঙ্ শোন্দুনা,
মীৎলুপী থাংমদা লৈথ্রবা
পদ্বংবু মীতয়া,
লৈঙাং কিজেং শেংপা তত্নিখনি,
ক্বাকশিংনা ঈশাইকু কাইবা
ভারবগুম ঈশিং য়াউম অমগীদমক
কালেনগী হুংশাদা,
নিংথমগী উলেনদা অয়াবা থাংজিবী
গুলাপকী লৈকোলসে,
অশুম্ভা অশুম্ভা,
লথী লম্মাংনয়বা থাজিকুম
থাদোক্লিখনি চেইনশিংসে ।

থ্বাইদগী পীকপা নুংঙ্গেংশিংদগী
হৌহনা থ্বাইদগী চাউবা নুংগী মুত্তি
অহুগী খোংচত্তা,
নুং অসিদা পুন্দুনা,
স্বর্গ নরক অনীগী
গেইট ওইবা লমদমসিদা,
অমম্বতনা মৈচাক পাম্বিবা :
ঙহাক ঙহাক্না মরু ওইরিবা :
মরম খুদিংদা, অহুগা,
য়াম্নবগী, নুংশিনবগী মরম খুদিংদা,
নুংগী ইপোমদা লুপ্তুনা,
অকিং অকাই ওইবা শিংলিনা,
থন্নায়গী নাওম ওইখি,
পম্বুংগী আশাদা ঙাউহুনা।
শুপ্নগী ঙহাক্তং অহুদা
খবায়সে লুপ্তুনা,
তাইবংগী মুত্তি শেমলুই কয়ারক,
থাউমেগী মীকোদা খাঙমদা,
চোংহনা অমত্তুংদা ফংজগে বাখলদা,
থুঙংগী লৌবুক লমজায়সিদা,
তাল কায়রবা কুকিলগী খোম্বাংদা,
নৈকা থংথ্রবা নৈরিকলক্তা,
চেক্রাশিংনা অম্নুম্না,
কোয়পাই পাইরি উরক বারক্তা,
ফুম্না অহুবু কাম্নামহনা,
অথাপ্পদা, এভারেষ্ট চিংদোম্বু য়েংহনা,
প্রশান্ত মহাসাগরগী থক্তা পাইনিংলুই,
করিগীনো থংদে।

# অহিংসী থাউমৈ ঃ ১৫

অহনা কৌরিবনি শিল্পগী মীংলেম,
থুত্তা হুংথং পায়হনা,
লেপ্তনা ঋৈম্বিবনি সনাসিবু,
ঋৈমহুংদা চাংয়েংহনা,
কাড়াগারসিদা খোংথুৎসি কোঙ্গোয়
চনখিবনা, উপায় লৈত্তা,
ঋৈশানা কাহৎলবা মায়থোংসে,
য়োৎপীনা ত্তৌরবা থুৎশাসে পুহনা,
শিল্পীগী স্বরবু পুহনা,
ঋৈশেহেক ঋৈশেদয়া নাপদা
কাইহৌরি তত্তনা।
অম্বুয়া থোক খোংজং অত্নদা,
প্রেগকুম লঙ্খাং অত্নদা লংশেকপীহনা,
শিরগা কাউথিগদবা খোংজংসিদা,
অম্বুয়া লোয়দরি থুৎকী হুংথংসিদি,
আশা অহত্তংদা লুপ্ত্‌না.
উদবা নোংইন কয়াবু ফাগে
মঙলান্দা,
মত্তম অমদা বাত্রা ত্তৌহনা,
লোয়বদি নাইদরি 'ঋৈমচাক্লী' শাহমসে,'
তাইবংগী হৌনবী,
হৌনশা ওইবা ঈয়াইদা,
হুঙাইবনা খৌশিষা খোংজংদা
অরাবনা মরু ওইরবে।

অতুবু, তাউরক্লি অতৌবা কাঙাশিং,
'অসুম্না, মৈথুগী ইপোমদা তাউহুনা,
অমম্বা নোংমৈনা ফংবদা',
ওইহুনা মীংবু শীম্মী,
য়াইবীদা লৈশক্তনা,
থুৎনা মালংদা,
চেক্ষগুম লালহৌবশিংনা
মীংলেন অতুত্তগী আশাদা
অরাবা থাংহুনা উমং য়ামংশিংদা,
লমজং অমদদি কথোকৃতবা য়াদবনা থম্মোয়রসে;
চৎপগুম স্কুলদা নবানা, ওইরম্রে
অসুম্না, হরিবাম্মোং শাম্নরৈ,
থবাযনা শজিগুম তথক তথক,
কৈত্তবু শোম্লনা,
অসুম্না, কদ্মশিংনা তাউররি
ঈচেলসিদা, কাঙাগী দৃশ্যবু শেংহুনা,
তাউথবা তমহুনা,
মালংসে ইনিল নিনথি।
থংনা সুংশি হায়রবদি,
মশক্তি থোক্তা,
মীত্তাংবা যাত্রিকী থোংচক্তা,
অপুম্বা, শাশিম্বা বিন্দুহুবু,
মপোকসিদা, হেনৃকদদনা শাশিম্ব অতুবু
চিংনবগীদমক শাশিম্বদা,
অওইবা তাম্বদা,
অক্ষবিদ অমগুম,

পুমনিল নিলখি চেক্লাশিংনা,
লৌবুক লঙ্কাংসিদা,
মখোয়গী মত্তৌ ভমহুনা,
মথোল চামগী ক্ৰাঙ্গুংদা কমদ্না
খুজা হুংখং পায়দ্না চাংয়েংলি,
খংদা করিবুনোদি,
ইলেকৃট্রিক ফেনগী খাদা কমদ্না
ইলেট্রিক মৈঙালদা লুপ্তুনা,
বাখলনা মৈঙালদা ভোংহুনা,
য়োঙমদা খাজগী হুংশিবা
লমদমগী স্বরহুবুদি,
থরায়না ওনখি মপুক য়াউত্রবা থরোই।
খৌনাউনা খোঞ্জেল খোকখিদে,
ওন্দুনা মনজল য়াউদ্রবা মোইবুং।

অদ্বু চেক্লাশিংনা লেপ্তুনা খোংদম্রি,
অম্বুমা খোংজংসিদা,
হৈরাংশিংগীদমক চিক্কবা নত্তনা
উপায় লৈতা,
লবীদ্দি ভিংখংনা খল্লম্বনা,
গুপ্পগী নিংবা কায়বা স্বরদা,
বসন্ত কুকিলনা শৈশক্লি,
থবায়গী কৈরাদা ভোংদনা,
থঙ্গুংদা লুপ্তুনা,
খুজা পায়রিবা হুংথংসিবু য়েংদ্না,
পীরাংগী তাজমহলনা চিংদ্না,

কৈদনো খংদে,
খংদনা হৌবা, খংদনা লোয়রগদবা
খোংচৎ আসদা,
ঐগী মাগী থাক্তনা,
তোর্ব্বানগী হুংজ্রেংদগী হৌত্তনা
হুংগী চীংহ্ন ফাউবাদা।
অত্তবু তাউথরক্লি অঙৌবা কাঙ্গাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউত্তনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা',
পুম্নমক থাদগ্রবদা ব্রহ্মপুত্র ঈচেলদা,
ফুম ওইনা তাউথরক্লি,
সমক্রু তম্না চেম্বত্তুনা;
মাংদা কুক্কেৎ কাক্কেৎ তন্দনগী
ত্রামাত্তুদি লোয়দরি অম্মুম্না,
হুংশিজবা, হুংশিজবা,
লীপুন লীপুম্না সাক্ষী ওই,
কোম্নন খোংদোইরি আলেকজণ্ডার আলেকজাণ্ডার
কয়াম্মু, পুরু পুরুগী নাত্তা,
তোর্ব্বান তোর্ব্বান ফাউনত্তুনা।

অত্তবু মসিনম্মু লোয়দরি,
বাদবা ওমদে কৈদম্মু,
অঙৌবা কাঙাগা মঙলান্দা ওইত্তুনম্মু,
মহাদেবনা সাক্ষী লৈরবম্মু,
চৎপগী অম্নাবদা,
নোংলৈগী মৈচাক্তা বাদবা ওমদে
চেক্লাশিংনা, পুরুগী আক্লাদা তোংত্তুনা।

ঐগী মঙ্গলান্দা, অন্নুরা
হেনকদবা ওইবনা পেন্দে,
অথাপ্পা থাউমৈগী মীকোন্দা,
মীৎলুগা থম্মোয়গা শম্নুরবদা,
ককওাউননা পাইখি চেক্লাশিংনা,
মথং মথং মথং,
নোংলৈন্দু লানখি,
অমুকন্দু কাউখি,
হৈনবী ওইদুনা,
কাঙাগা ইলোইনা,
অন্নুম ওইররে খুদিংমক
শ্রদ্ধাঞ্জলিবু থৌরাংদুনা তোর্ব্বানসিদা,
মচু মচুগী লৈচল শেমদুনা।



## অহিংগী থাউমৈ ঃ ১৬

পামজবা থম্মালগী চরোংশিংনা,
হায়রনি, ঙসিন্দু ইশন শনলি
লৌবুক লম্বাংশিবু করেমদুনা,
বন্দি ওইরবা ঐহাকপু বাহন্দুনা
ইন্দুংসিদা, বারীনবত্তনা পেঙ্গরবা,
খুৎ হাংলবা কাসিদা, মৈথুগীলক্কা।
অপাম মুংশি ইথক্না অন্নুম্না তত্তনা
শাম্নরি চাংজো লৈতত লৌবুক লম্বাংবু

চিংখোক্রুনা, হিংবগী খুদমদা,
মঙলায়া তত্তনা তাউথরক্লি,
অদুগা ইরোইনা,
তাউথরক্লি অঙৌবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউদুনা,
অমম্বা নোংলৈনা অম্মুয়া ফংবদা'
লৈনমবু শক্তন্না খুৎ অসিদা,
মৈমুংদা ওইনা,
থরায়সে লৌদুনা আরবকী আগরলক্তা,
ঙহাক্তুং মৈতাক্তমক ওইরকই।
অদুম ওইনমক কাঙাগী শাথেক্তা,
মশানা মতু মমাল থস্তোকপদা,
খুত্তা কমণ্ডলু শায়বা ঋষিশিং
খোংদোইরক মন্ত্রী মন্ত্রী, থবায়গী ভেংথাদা,
ওম, ওম, ওম ধ্বনিনা
ইনিল নিল্লি, মুঙাইবা তম্বদা;
অদুবু কোয়না য়েংজবদি ঙমজদা,
খোং খুৎ অসি বন্দি ওইখিবনা,
বিন্দু অসিতংদা লৈশিম্বা তাবনা,
চক্রসিগী লৌপুন্দা,
মুগকী মীংলেন্দা চহি-চা কয়া হোৎবদো
নিংশিং নিংশিং,
তপ্পগী থম্বালগী চরোংতবু,
অথাপ্পা থাউমৈগী মীকোদা থাঙমদা।

খুয়োকপী লোকপা তামহুনা,
নংঐগী পাউখোংদা,
খম্বালগী ইপোমদা ইরুম্না,
মন্দিরগী তুমাংদা
তাররি বিন্দু অহুতং :
পুয়মকী থুংশিরকম :
খেয়বা নৈতনা মওং অমত্তুদ',
থাউমৈগী মরুমদা খংপুংনা,
মশা তাশন্নুনা পোম্বীনা,
অম্বুম্মা তত্তনা কৌরি,
হায়জবদি তমজরোই পূয়দি,
হায়বা ওইরে 'কৌবগী মীংদতনি',
লম্চাং অসিবু তাকশেখপীদমক,
কাণ্ডাগারদা শায়োম্নবদা ।

অহুবু, পম্বংম্বু ফংখিদে, উপায়ম্বু নৈখিদে,
পোংচাকী জগংনা থবায়গী ংরায় ওইখিবদা,
শামরুবদা অলং অরাকলক্কা,
খুংগু খুংলাইশিংসে উরুবদা,
চিংশিনখিবা ওই মখোয়শিংনা ।
অম্বুম্মা
চমদরে বুঙ্কগী বাণীহুম্বু তসিদি,
মাতখরে দখিচি লম্চাং অসিদগী,
কায়দরে, কায়দরে ওটহুনা ।
তারম্রিবা মুংজ্রেংশিংনা,
অম্বুম্মা করম্বা স্মৃতিবু খোংকনি ?

অমুম্মা থাউমৈগী মৈরাশিং
তিনখি কয়া কয়া,
অমম্বলক্তা,
অমম্বতনা বাত্তব ওইরম,
থাউমৈগী মৈরাশিংদি শাশিম্বত্তা
ওইরম, ইতং ভত্তবগী মথাদা;
তিম্বতা তমহুনা অমম্বলকাসদা
থরায়গী পাউথুমত্তবু ভায়হুনা।

অমুকন্সু রাহংনা থরায়লি,
অমুম্মা ভায়বনা পুক্সিনি;
শমজিম্বা ভমত্রবা লম্বীদত্তা
খোংদম্নবনা অমুম্না,
কাঙাশিংগত্তা ঈরোইহনা,
মঙলানগী ক্রাত্তা হৌহনা,
অমুম্তা পাইশিল্লিবনি চেক্লাশিংনা,
থরায়গী খুদাদা, পুক্সিগী আসম্মা
কম্লেন লৌহনা;
লৈয়িসিদা কান্নবা তাম্বগীদমক।
করিগীনো খংদে,
কোইপাই, পাইরি চেক্লাশিংনা,
স্বার্থদা, স্বার্থদা, কন্নবগীদমক
করম্বা উহৈবু কংগনি মীংশোম্মা
মঙলান্দত্তা ইরুপ্তুনা,
থাউমৈগী মীকৌদা থাঙমদা,
থবায় অসিনা লেপ্লিবমথৈদি।

তন্দনশিংনা কুক্কেৎ কাক্কেৎলিবমখৈ
ঈচেলসিদা তাউথরকপা কাউশিং
থুদিংমক শিংচম্বগী আশাদা,
পাইশিল্লি চেক্লাশিংনা লক্মাংসিদা,
শুপ্নগী মীওইবা সভ্যতা কল্লবগীদমক,
খোম্বাং খোম্বাংদা,
চৎপা তমহনা সুংগ্রাউলকসিদা, হৈনদা,
হৈনদা কোইপাই পাইরি লক্মাংসিদা,
মচু মচুগী ফিরাল চিংখত্না,
লৈরাংশিংসে নাপদা চিন্দুনা,
লগোই শাবীগী তম্পাক্তা ফমহনা,
ঐনা মত্তৌশিংসে নিংশিংলুবদা,
পোকপতা ঙায়রিবা নবাগুম
কপ্লম্মী, তৌকম থঙদনা।

অহুবু ঙসিন্দু,
মহৌশাগুম তাউথরক্লি অঙৌবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহন্দা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা',
মহৌশাদা তাবত্তনা মপোক্তা,
মহৌশা ইমাগী তমপাকৃতা,
কোরৌগী সাক্কীদা,
চেক্লাশিংনা মতু মমাল খিংলম্মী।
নোংজুনা থম্রবা মশাবু খিংদোক্তনা,
নোংজু অমম্বং মৈশাগী লীপুম্না,
চীংথোক চীংশিন, চীংথোক চীংশন,

অন্নুয়া থবায়গী চৗিংতমক পীরকইবা ঃ
সমক্রে নাবিক্কী কম্পাস ওই,
লম্মুরুয়বা যাত্রিক্কী ধ্রুবতারা ওই,
অন্নুম থীবদা, অন্নুম থীবদা,
থুংজ্রেংশিংগী আশাদা,
মঙলান্দা ইরুপ্ত্না।

অন্নুয়া, নোংটৈদ থুংশিংনা মুথংত্রি
অথাম্বগী থাউমৈদো, হায়জরিসিনি,
থুংলাম তোয়না কৌরক্রি,
অহুবু, অন্নুম তাম্বা থুদিংগী,
মহাকী মীকোদা খোংদম্বা থুদিংগী,
খোঙ্গুলদা য়েকহোরে,
শাগদগী হোৎনবা তাঞ্জমহলচুমক,
হোৎনবা লেপ্তুরি, ইশিঙ্বা লেপ্তুরি,
থম্মোয়সিদা থুংশিংকী শাহুমনা য়েরবা
থুদিংগী, শিল্পীগী পুক্সি খোংজেলসিদা,
খোম্থাংনা য়েররি।

***

## অহিংগী থাউমৈ ঃ ১৭

থাংপোক কয়া শাখি,
অহুটৈঙ হাক্তকো,
খৌশিলচুমকী লাংদা থ্র্‌চুনা
ইশন শনখি,

থম্মোয় লাইমুম শুম্বংনা,
থুত্তা লাঙোল পায়বা লৌমীশিংগী
মীনোকলক্তা,
থাংপোক থাংপোক্তা পাউজেল কয়ানা
শিনথি :

নৈন য়ারোলসে হায়দোক্কনা

সত্যতাগী হেক্তিং গার্দেনবু মঙলান্দা থম,
চাংয়েংলম্বনি ত্তত্তনা থাংপোক অসি
শাহনা, অথাপ্পা পাউমৈগী মীক্তোদা
পুক্তিং ইরুপ্পা, চাংয়েংলম্বনি
লিকোল অসি হন্দুনা,
শিংনবা তাম্নহনা,
নিয়তিনা পীরু আশীর্বাদশঙ্ক খক্কাম্বনি,
থরায় পেম্মা অমুক্ত মাপ্রম্পু।

অম্মুম্মা, ঙাক্কাবা মহাক্না,
অহিংগী চাংলৌদা, তুরেলগী ঈয়াইদা,
নৌবু পায়হনা মনিমুক্তা থিরম্মী,
মহাক্কী থম্মোয়গী কোঙোয় পুম্বা
থাদোক্কনা, নোংলৈহদা শাম্নরম্মী,
পৃথিবী পুম্বগী নোংজু থহুংদা
ওমথরে মঙদম্মা শান্নরম্মী,
ঙাহু কাঙানা চিংহনা,
খোংদমহনা যাহুগী মম্নাইদা

অহবু থাংপোকসিদা ওইরাখ,

অকম্বা নোংলৈনা হুমহুনা,
তাইবং মালং শিন্দ্রিংনা,
কিন্থখি থাংপোকশিংসে, বাথলনা থৌহুনা,
অত্তিয়াদগী হুগী নোংজু খিকথরকুবদা,
চাংয়েংবন্তদা লোয়রগদবা মতমসে,
নিংশিং নিংশিং,
চময়াখি শোয়দনা :
হিংবগী মমলম্ভু লৈরমদা,
পোৎশকী অর্থম্ভু মাত্তলম্বদা,
ঙাকবগী নৌয়েন্দা শুম চারম্মী।
অসিগুম্বা লম্মুকরবা মীকুপ্তম্ভ,
তাউথরক্লি অঙোবা কাঙাশিং,
'মৈখুগী ইপোমদা তাউহুনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা',
লিংজেলগী মন্ত্রবু শক্ত্ন্না,
অঙাংবা থম্বালনা লৈতংবা ঈয়াইসিদা,
মণিমুক্তাগী অশাদা স্বর্গবু মতদয়া,
চেক্লাশিংনা লেংলক্লি ইশন শন,
'প্রোশেশন অহুগীদমক' :
য়াকৎকী চেবাংবু খুত্তা পায়হুনা,
অথাম্বা থাউমৈগী মীকোনা চীংহুনা,
অম্বুয়া, মৈরাম্বীশিংনা ঙাউরি লম্মাং
অসিদা, পাংথোকপা তঙাইকদহুনা
স্রামাগী মত্তৌসে,
লম্মাং অসিদা থাংপোকশঙ
শাহুনা ইয়াইসিদা, তাউথখি কয়ারক।

অহুমু খুজা রাকৎতে পারকতনি ।

কনাদা রাকৎলুনি ?
কনানা পৌবিনি রাকৎলে ?

অহুমু স্টেচুসিদি রাকৎল্লে থমকয়ী ।

অমুমা থক্রসহু জগৎনাথ মন্দিরগী
শঙ্করে, হৈরুক লাইরক্তা
থম্মোয়গী নৈচল কয়া শেমহুনা,
ঙুমগী লৈতেংগীদমক,
খীবা তমহুনা কয়িঙবনা ।

তমশিন্বতনা পৌনাং ওইবা,
অদুগা হৈবগী পমখৈদি লৈরমদবা :
ভক্ত সুরদাস অমমুং বিজ্ঞান হৈয়বদুগী
দিবেটতা অমুম চিংখোকথিনহু
কোকোরশিংনে ।
রাকৎতে থম্‌কমজিনা অমুমা,
হৈনম লৈমমলক্তা,
ঙুমগী লৈতেংগীদমক,
তম্রুইদো লৈচল শেয়া লবীসিদা ।
অতৈ করিগীনু ওইরমজে ।
ঙুমগী লৈতেংগীদমক,
মৈবুল অসি চমদুনা,
অমুমা কাওাশিংনা তাউথরক্রি,

'মৈথুগী ইপোমদা তাউহনা,
অমম্মা নোংমৈনা কংবদা',
নোঙাল্লমদগাই তুমিংপু পূহনা,
মহাপুরুষকী বাণীনা ইনিল নিল,
লিক্লাশিংগা তিংথো মতোন্দা নপুদনা,
শুপ্পগী মৈলেংগীদমক ।

কম্বিবু থাঁরিবা নাবিক্লা,
থুত্তা নোংমেক্লা পাযহনা খাংপোক্কুদংদা,
ম্নাশকী ইপোমদা শামহনা ?
অহুবু খুমঙ্গ পায়্ম,
কথাম্না খাইমগা মীকোংস,
পুম্নমক, পুম্নমক উং ওনথ্রবমু,
লৈলা লাপা থাক্তনা,
ভাসিন্ন পাংকি চুংশিগী নোংমেনসে,
শুপ্পগী লোংচংকীদমক;
অশং অরাক্কী লোবুক্লা,
মৈলেংমগী মৈরোন ডাক্কা ডায়থ্রবমু,
থম্মোয়গী থাউমোদ লেপুনা চাক্লি,
অফম্না কুংগুম ঈশিংদা তাহনা,
শুম্না চাংকথ্রবা খাংপোক্কুংদা
শুম্না চারবা নোংকেনবু যেংহনা ।
অশুম্না,
কুকিল্লা অহাংবা মালংদা,
কুমগী নোংথোং ডায়হনা,
উপাল, লৈপাল, মৈপাল খিবিকপু
মৈরোন চনথ্রবা, পুম্না মাংথ্রবা

অহাংবা মালংগী ধ্বনিদা
কুকিলনা ঙাউরি,
মেঘা ওমত্রবা অহাংবদা খুৎ থমহুনা,
তাইশিঙ্বা ওমত্রবা প্রোক্রেমদা,
ওয়গী খুৎশোক্লা,
চাংয়েংবতদা লোয়রগদবা মতমসে।

অনুমা তাউথরক্লি অঙৌবা কাঙাশিং
মৈতান তাপ্পবা থাংপোক থাংপোক্লা,
নিংশিং লৈমায়তবু হায়দোক্‌ন্না,
মাংদা থমহুনা,
নিংশিং শিংশিং,
ফুরা দলাল, অনং অরাকী
দায়েগ্রামসে য়েকপা লোয়দরি,
অঙৌবা কাঙাগী জগোইদা।



# অহিংগী থাউমৈ : ১৮

অমিগুম্বা শিক্সীগী খোংজেলসিদা,
তাইবংগী গুরুবা থামম্বা মীকুপ্তা,
তম্না ওমশিল্লবা ফজবী লৈকাহুংদা
লোৎলিবী খোইমু খোইরাগী
নরক কুন্দদা, শেম্বীত্রবা লৈকাইগী
অতিয়াশিম্না নিল্লকই,
ভগীরথকী আশাদা,

মোইবুং খোঙ্গেললক্‌কা,
ওইনমক থাজবা ঙমদা খোইমু খোইরাশিংনা,
নমথিবা নালাবু ওইগদ্রা,
নত্রগা উজ্জারগী গঙ্গাবু খোংদমগদ্রা ?

মৈত্তান তারবা লৈরিকশিংবু য়েংহুনা,
থবায়বু মৈফুদা মৈনংলি।
সতী সীতাগী আশাদা,
অরা মৈশানা তাহৎলবা মতমগী তমপাকসে
য়েংহুনা হৌখিবা থংহৌদে,
মাংখনা হানখি থবায়গী মনিশিংসে;
হায়দোক্লবস্থ গীতাগী লৈমায়না মীৎমাংদা,
মীৎলুগী মৈথুশিং হুমখিবা ঙায়বদা,
অনৌবা নোংলৈ হুংশিৎপু মঙদম্বদা,
মাঙবত্তা ওইজরে।

অমাঙ অত্তোংগী দশাদা তাহনা,
থাদোকপা ঙমদা খোইমু খোইরাশিংনা,
লৈকোলসিদা পাইবত্তা, পাইবত্তা,
মথোং মরম থংদা অসুম্না
মৈতান্দা শামরৈ, ফজবী লৈরাংবু
ঙায়বদা থাংপোক্লংদা।
অহুবু তাউথরক্লি অঙৌবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহনা
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা',
পুক্লিং ইহুনগী নোংলৈবু হুমহনা,
আশাগী ঊনা বানাদা শোক্লুনা।

মীত্তাংবগী চৈগু ওই,
অম্লুম্ত্তা অম্লুম্ত্তা,
সর্বনকুমারগুম হায়বা ইম্বা মচানা,
প্রকৃতি লাইরেম্বীবু মীহুংশি ফোংদোক্লি,
উদ্ধারগীদমক কোক্তা পোৎলুম থোংহনা
কনাগুম্বগী;
প্রকৃতিগী য়াথংদা,
হুংশি ইপাক শেম্বদা, অম্লুম্মা
পৃথিবীগী মরমচৎ ওই,
কাঙ্গাশিংনা তাউথরক্লি।

অমরোমদা,
খোইমু খোইরাগীদমক্তা হায়হনা
নোংথাং ওই কুক্কেৎ কাক্কেৎ তৌ,
অথাপ্পা থাউমৈগী মৈম্বীবু উত্তদনা,
পীবুকপু ঙাউহল্লি।
ঙাউরবা পীবুক্না,
পোম্বীচেক্লাশিংগী চাক্তাফম লোবুকসিদা,
ইশন শন মচু মচুনা,
মঙাল মশেক্না য়ৈবদা,
অম্লুম্ত্তা করাম্লি, অম্লুম্ত্তা তাম্লি,
হিয়াং তামহনা থম্বালনৈকালক্তা,
ঙাহু কাঙাগী জগোইদা,
ঙহাক্তুং বিন্দু অমদা লেপফম ওইহনা।

কুহাসিদা শামরুই হঙোইশিংনা,
নোংদৈল অহু চৎক্লিদৈঙদি,
মফম অমত্তুংদা লৈশিন্দুনা,

কদাইদা লংথবিরুনি থংদা
শাকু কম্মা নোংলৈ অত্থুমক্কা
অত্থবু, ওইনমক
খোংচৎকী পুন্সিদা, বিন্দুগী
অহোংবা লৈবনা,
ইনফিনিটিদা তাবনা পুন্সিগী য়াহনশিংসে।

পাইবনা ওইবনি,
চৎপনা পুন্সিনি,
ময়মদি তুরেলগী ঈচেলশু
সমুদ্রগী আশাদা অশুম চেম্বরি,
মপান নাইত্রবা আশাগী ঈরৈদা
চেম্ববা তাইবংগী নিত্তিদা,
অশুম ওইরবনি,
খোংকমসিনা অচুম্বা ওই।

অত্থবু ঐহাক্না অশুম্না হায়রম্মী,
বাই, বাই :
য়াচংবা য়োরকপদা থম্মোয়সে চিংথাইহনা,
অহাংবা লক্কাংনা মত্তোমত্তা লৈহৌবা
তবদা,
কাইন মৈশা লাংলবী চেক্লানা,
মুত্তি অসিমক তন্তনা য়েক্তুনা,
খোইমু খোইরানা লৈকাহুংদা
লোত্তুনা মৈতান তারবা
লৈরিকী কুমৈদা
মীৎলুগী পীরাংনত্তা খোনাগী
হোকম শক।

মতমসিদদু তাউথরক্নি অঙোবা কাঙাশিং,
"মৈথুগী ইপোমদা তাউহনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা",
অথাপ্পা থাউমৈগী মীকৌদা
থম্মোয় শুক্নৎ,
শকুন্তলাবু শাগৎহুনা,
ইরৈদা লুপ্ মীয়হনা,
তপবনদগী হৌহনা দুষ্মন্তগী কোহুং
কাউবা,
অহূদগী অমুক মমা মেনকাগী
লাইরৈবাক্তা.
কোইতোং তোংহনা খোইমু খোইরাশিংসে.
অরা হুঙাই অনীগী শরৈনা ইন্দুনা
লৈরাংদা তারম্মী
কোইঙং ঙংলম্মী শৈশক অহূমক.
লোইনাইদা ঈশৈগী সুরদা তাউহনা :
থাংপোক অসিগী মাংলেম্দ্ শোন্দুনা,
থাংবগীদমক পোক্লকপা মপোক্তা,
লাক্নি. লাক্নি.
নৌরেন অহূমক পায়হনা অম্মুয়া.
অতিয়াগী থরানমিচাকশিংসু
তনিক তনিক.
অবা হুঙাইগী বারী লৌহনা;
শাদাবগী লাংহূমক তারম্মী
অম্মুয়া মাঙসিদা,
কাঙাশিংগী জগোই ইথক্তা,

খম্মোয়সে মঙালনা খ্নমছুনা,
নোংমদি শোয়দনা,
নাক্তা লাকখিগত্রা হংজনা,
থাউমৈছুমক,
লাপথোকপনা ময়মচৎ ওইবা থাউমৈদা
ঈরুজনিংছুনা, খ্নয়বদা লাংসিদা।

※※※

## অহিংগী থাউমৈ ঃ ১৯

কাকশিংনা অযুক্কী উকৈশিংদা,
তোংলরি মপৈ মপৈ,
শৈশক্নুনা মাঙগী লমপাকসিদা,
অশিবা শদোংশিংবু চিঙাক ওইরিবা
লংজাশিংগী মতোদা মীছৌছুনা,
কংনিংছুনা চাকলুক অমতং,
সুঙাইবা মশক খংনিংছুনা
কোইঙাউনরি কাকশিংসে,
মখৌ পোংনা খোং,
পোথাবা লৈত্রবা মালেম লৈমগী
তমপাক্তা; অভিয়াদা মশেক
মঙালনা য়ৈরবা থুদিংগী
শান্তি লৈতে; খাঙমদা
তাগুব জগোই শাহুনা খাংলি
মখোয়না, ফজবী মালেমগী

অচিকপা থ‌্‌গাইছনা কাকশিংনা
খোংলি শক্তিগী শান্নবুংসিদা,
নিঙমদা অদুম্না মীভাম্নছনা,
শক্তিবু মীভাছনা, খোংনেংপা
পামছনা, পুম্নমক্কী অন্নাংবা
পালেমগী হৈয়াংবু য়েংলম্মী,
মথং মথং,
মনুং মনুংদা ইলেক্ট্রিক কারেন্টকুম
চেন্দুনা, ভাইবং মালং শিন্দুংনা,
ঘুমথোং ঘুমথোংগী লৈরাংশিং
অদুম্না, মকুপ ভানা থদংপীছনা,
থাংশাংগী থাংশাং ভাক্কনা
ইশন শনথি, থমভপকী
মনিলনা ইনিল নিনথি মীকুপমতং।

পোথাকম খোংনাংদু শিথরে।
খবিগী লাইনিংফম লৈরমত্রে,
অশেংবা লৈরাং পরেং উজ্রবদা,
চেগী লৈপরেংনা লেমজবী শক্রবদা,
অদুম্না, কাকশিংগী অয়াকপা
খোক্কেলনা কয়ায়ক মীকপ খোকহন,
লাইরিকী লমায় কয়া ভাউথরক্রি
ভসিদু: মসিনা অয়োয়বা ওইরবোই
নিংলুবা অয়েম্বা ওইরক্রে।
খবিনা থীরি অচিকপা,
তুমিন তুমিন লমায় কয়া

শেম্নহনা, শায়েকুমক য়েক্লহনা,
নোঙ্গোবীনা খোংবগুম খোংলি,
নৈকম থীবদা, গ্রহ গ্রহদা,
কুকিলগী শৈগেকপু ভমহনা
সমত্রুগী ইথক হৌরি,
গুপ্নগী লেপকম অমতং থীবদা।

লেপকমদি ফংদরে কৈদম্ম;
পুণিমা থাবলনা নাক্তা নৈরবাই
খল্লুবা খুদিং চথুৎসিদা ভাখিদে
কৈম্ম,
অম্মম লাপথোক, অম্মম লাপথোক,
কাকশিংগী খোঞ্জেলনা অপম্বা
শীবত্তা ওই, পুক্সিংগী মৈশা
ফং নমথি হন্ডাইলক্তা,
স্বর্গগী নৈকোলবু নিংশিংবা
খুদিং, মখোয়না থৌজিল্লমই,
নৈরাংগী মহুত্তা য়োৎভবু
খুত্তা শিন্নবিহনা, কারথানাসিবু
শিন্নবগীদমক হায়হনা,
মখোয়না ঐবুতবু নিঙ্গা ভৌরম্মী,
হৈমঙ্গে হায়হনা পুক্সিগী লানফমদা।

মিকপ থোরকপদা হান্নগীগুম
অদম্ম নৈরম্মী,
নিলখোংবী কাকশিংনা পুমনিল নিজ,
লংজানা লম্পাকসিদা ফৌ চায়হনা,

মখোয়গী কুইম্মেদি লোয়রমজি।
অহুনা থম্মোয়সি পুক্তমদে,
মথং মথং খোংগাউবীরক্লবদা
লৈরাং লৈকোলশিংসে,
থম্মোয়সে ইরুপ্পা অরেম্বদা,
কামত্রে থন্দুনা,
পুর্ণিমা থাবলদা য়েংহুনা,
মতম লেলম্বী নর্মথি হঙাইলক্কা,
শরুক য়াহুনা মালেম লৈমগী
মিংলেন্দা, আশাগী থাবলদা
ইরুপ্পনম্বী।
অম্বুম্না তাউথরক্লি অঙোবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহুনা,
অমম্বা নোংলৈনা হংবদা',
অম্বুম্না তক্তনা লম্মুক্লি,
আশাগা, অমম্বগা য়ায়খিহুনা,
লম্মুক্লবতা ওইরে;
লোয়নদা পোথাবতনা পাইথে ওইরে,
অমম্বা কারাগারসিদা হমহুনা,
অথাপ্পা য়াংমদা মুশি মুশি ঙাক্লিবা
মুকক্লুসে খোইদানা,
গুক্ষং মঙলান্দা ঙাহুনা,
খোইমুগুম পাই,
লৈরাং শাংত্রবা লৈকোলমদা,
অঙোবা কাঙাবু থুংশোক্লা,
য়ুঙাউবা অমগুম তরংদা।

অসুম্না তত্তনা তাউথরক্লি অঙৌবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহ্নুনা,
অমম্বা নোংলৈনা কংবদা',
কাকী পাউজেলনা সাক্ষী ওই,
অঙৌবা কাঙাশিংগা ইরোইনা
অশোক্লা শায়োনখিবা,
পাউজেলহুমক পূক্তনা;
নেপোলিয়নসু খোংলম্মী লৈমায়সিদা,
অদুতসু নত্তনা কাকী মীকৌদা থাঙমদা :
'চংশিল্লি পুমমক ওইহন্দুনা,
ওইদবা থুদিংমক ওইহন্দুনা,
থবায়গী মমি থাদরি ফুটবলসিদা,
অথাপ্পা থাউমৈগী মীকৌগা চামনা'।
অদুবু পোথাবা য়াদরে নোংলৈদা,
মৈরানা সাক্ষীনি,
সাক্ষী লৈত্রবা মীকুপ্তা
চেক্লাশিংসে, অহাংবা মালংগী
সাক্ষীশিংসে,
পৃথিবীগী খোংচৎনা পোথাখিবা
কোরানগী ভবিষৎবানী,
অমম্বদা কোন্দুনা কপ্‌মিন্নবগী
লৈমায়দা, অসুম তাথিনি
হায়বগী অবামৈশা লাংদবা
ঙমদরে, পোথাবা য়াদরে
লৈরাংলৈকাদা খোইমু খোইরাশিংনা
মুরবু চিংথোক্কদুনা,

শায়েক্তংমক তস্তুনা খোং,
মুরগী ইপাক্তা তাউহুনা,
অরাবনা হেক্লিন্নকই,
পোত্থাবা য়াদরে,
চিন্থাং ওই,
কয়িগীনো থংদে ।



# অহিংগী থাউমৈ ঃ ২০

গুলাপ লৈরাংলক্কী শকহেন্বী ও !
লম খুহুগী কল্লবা শাফুনা
পোমিং ওই, নহাক্না খোংলম্বনি,
লৈমায়সিদা লম্বী অসিমক ।
পাইরম্বনি নহাক্কী খোংলোয়শিংগা
কোমনা, পুমংভো ঙো,
মালেমগী তমপাকথক্তা,
অথাপ্পা থাউমৈগী মীকোন্দা,
খুদমশিংনা মহাত্মা গান্ধীবু
অহিংসাদা তাহুনা,
খুদমশিংনা হায়দবা য়াম্নোই
নহাকপু ননিং থুংনবা হোংনরম্বা
ওাক্তনি, মোইথেম তোহুনা,
মীংলু নাপোম নাপোমদা,
ক্লোরোফোর্ম অহুগী উফংল চাইশন্দুনা;

উহৈত্থমক চাখিবা দলাই লামা কনাগুম্বনা,
পুমচৌ চৌ শাম্নবুংস্থদা,
মশা খপ্পা পাইখিবশিংবু,
ভাবক্তৗ শায়েক্তা য়াউশিল্লখি,
গুম্নগী মরুভূমিদা চৎপা যাত্রিকশিংগী
খুম্ভা ঈশিং গ্রাসকুম ওই,
শায়েকত্থমক লোয়দরি,
পুক্নিং হকচাং শোল্লবশিংগীদমক্তা
পুলিশ ওই মীগ্নামলক্তা।

করিম্নু উজবা গুমজদে,
অকিবতা ওই নোংনৈললক্তা,
গুলাপ লৈকোলগী খোইমু খোইরাশিংনা,
পামজবা লম্বীবু থীবদা,
করিম্নু উজবা গুমজদে;
পম্বীরম্নু বাকৎচবা নত্তনা উপায়
লৈত্রবদা,
গুক্রবা উমং রামংদা,
উখোং রাখোংদা, থুম্ভা নোংমৈ
পায়থুনা, নমদা পোৎলুম পুত্থনা
চেম্নু গুমজত্রবদা,
মরমাদি য়েংজবফাউ গুমজদে,
মখোয়গীলকসিদা খাংজবা গুমজদে,
মীনোকমৈশাশিংসে,
অখাপ্পা থাউমৈগী মীকোদা
থম্মোয়সিত্তা ইথক থক,
খোংপাক্তা তিংখংসিমক্না য়ুরবা

শক্তি ওই ঈশাইফং নাক্তা
থম, তোর্বানসিদা কম্নরে,
অথাপ্পা থাউমৈবু মীতম্না ।

সমক্র ঘুন্নায়গী নীতিদি
ওসিন্দু কায়দরি ইন্নুংসিদা,
মরেক য়াউত্রবা, চেথাংতা ওায়রবা,
'ধর্মগ্রন্থ কয়াসিনা' চেকপল থাবিন্নুনা,
কাইদোংফম ওইবদি ওইরি,
খুৎপু চেৎনা পায়বিরি
নোংলৈন্নুংশিংলক্তা,
মতোন চোংবা ওমত্রবা,
তিম্না চায়বা লৈকোলমদা, অস্নুম্না
অথাপ্পা থাউমৈগী থৌগলবু
কায়দরি, চৎকদবা লম্বীগী
পম্প্রুং লৈতবদা, অমবস্যাগী
নাপোমদা তাবা লৈয়াংনা
অতৈন্নু লৈয়মথিনি,
লৈয়াং কয়া মশীং লাকওমদা,
চেকপলন্নুংসিদা ফমন্নুনা,
নাইতোম তাবা থয়ায়গী শথ্যাদা,
চেকশিল্লগা, চেকশিল্লগা
কৈন্নু লৈরমদে, ইদোম
পোলোয়দা কপ্পনা লৈরম্মী
তাইবংপানসে অমম্বগী সিম্বল ওই ।

অহুবু খোইরাংই থম্মোয়সে,
হুংশিজৈ উমংদা ব্যাস অহুবু,
অমম্বদা কোইমা মাহুনা য়েংলিবনি,
অথাপ্পা থাউমৈবু মীতম্না
মতমসিদা।
অহুবু নাইতোম তাবা,
অচিকপনা তম্বনা কাইহোরে;
কোম্বনা তাহু কাঙাশিংনা তাউথরক্নি,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহুনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা',
কুকেং কাকেংতমক ওই,
অশেংবা মুক্তাবু মাংগ্রবদা,
কওমদনা থম অশেংবা অচুম্বা
হুংগ্রাইবুদি, অচিকপবুতা থংগাইহুনা
তাউথরক্নি লঙোবা কাঙাশিং,
মঙলৈবাক শেমহুনা,
কোমফুসিদা পুক্লিং তক্কৎহুনা,
তাউথরক্নি অঙোবা কাঙাশিং,
তুরেলগী ঈচেলদা,
তোর্বানন্দা তাবা লৌমীগী পোথাকম
ওই, য়াববু তম্না পোক্লকপা
মপোক্তা, শমজিগী লৈরাং
শাগৎহুনা,
লৈকোলদা পুম্নমক ওইহুনা,
থাউমৈনা অথাপ্পদা তম্বনা
কাইহো,
অম্নুম ওইরি হৌজিকশু।

থাউমৈদি অথাপ্পদা লৈরে
হায়বা থংলে হায়বমক,
তাহৎপীরে হকচাংসিমক শোয়দনা,
লংথবীরে তোর্বানসিদা,
অচৌবা লমথুমুশিংনা চিংহুনা পুজম,
ওাহু কাওাগী লগোইগী ইপোমদা
তাউহুনা, অম্বুমা ভুবা তম্রিবনি ।
অচবু ভুমদি য়াদে,
ময়ম কয়ানা তিল ওই,
চাথংলবা কোকসিদা,
পুবিবা মাইকৈদা খোংশানগে
নিংহুনা । অম্বুমা,
মুওাইবা ইপাক্তা শামরুবা
খুদিং অৱাবতা ফংই,
কয়িগীনো থংদে ।
ঈচেলগুম অম্বুম লৈথোকপা য়াদরে ।
অর্থ অমমমদি শাশিমা তারমৃলে
মীকুপ খুদিংগী,
মতম লেমদা,
থুমোকপী শামবীদা,
লেম্না য়ায়মত্রে থুং অসিতদি,
গ্রহ, নক্ষত্র পুময়ু ততনা
অমনা অময়ু অমম্বুং
মশাগী ককদা লৈরি হায়বা
লাপদা তারকপতনি ওইরিবা,]
অর্থাপ্পা থাউমৈগী মীকোয়া

থম্মোয়রসে খাঙমদা,
তম্মংলাংদা থ,হুনা,
নৈকোলদা ভাহুনা, স্নুর অহুমক্কা
ইথকী খোংহো ভাক্লিবমখৈ,
ভাবকী শায়েক্তা পুন্নমক য়াউশিজি।

***

## অহিংগী থাউমৈ ঃ ২১

নোংমা নোংদোন নৈমনা,
খুৎলাম ভোমনা কৌরকখি,
থম্মোয়দতা ঈজিং পীহুনা,
নোংহোগী নোংথাং কাপথোক্তুনা
চীরোন য়ারী ভাক্লম্মী,
কিজবতনা মরু ওইরবা নৈরাংগী
বারীদা রাখলচেৎপগী খোগী
চিংশিন্দুনা ফাউরকখি লায়ুমদা
নোংমা, অস্নুন্না
মচোই মচোই নোংজুনা সমত্রুদা
মংদম য়ান্নী ওই,
আগষ্ট মৃনিনা থকখিবা,
পীবুক্লংদা থমখিবা সমত্রু ইন্নাহুমক
নিংশিংখি, শন্না নিংশিংখি
প্রকৃতিগী মতিক পুন্নমক মীওইবগী

পীবুক্তা তায়বা অচুমক,
ঈশ্বরনা পীবুক্তা ওহাক্তং ঙাম্লবা
অচুমক ।
নোংথাংগুম, অম্মুয়া কৌরামনা
থম্লবা থুংসিদা, কৌরামগুম
মত্তোমতা পাইখিবা নোংলৈসিদা
থাওমদে, কৈদা তাক্লনি
থঘদা । তম্নমগী কুক্কেং কাক্কেং
প্রকৃতিসে পীবুক্লংদগী
লংশেকপা ওমদরে অম্মুয়া,
থাওমদরে অম্মুয়া অথাম্না
থাউমৈগী মীকৌদা,
পোথাবা 'য়াদরে,
অমুক মম, অমুক ঙান্থোক,
অম্মুয়া শুংলিবনি নোংজু কয়া,
চৎপা তম্বদা তিংথংলকসিদা,
পন অসি লাম্বা তম্বদা,
মীকুপমত্তংম্নু লেপচদে,
লৈকোলদগী যুৎতরি সুংশিগী লৌচিংসে,
থাউমৈবু থুৎচনগে থম্নুবা থুদিং
অরেম্বতা ওইয়ম,
লৈকোলগী সুংশিবা লৈনমনা
উৎকী চীং ওময়বদা,
'সুংশিগী লৌচিংসে' মাংদা থম,
নিংহম্না য়েংলম্মী উৎকী মপৈত্তবু,
সত্যতাগী জ্ঞানীশিংনা,

থুংশিবা লৈনম পুম্নমক চুপ্পবা
তুংদা, অশুম্বা বসন্তগী পোম্বীচেক্লাশিংগী
চিৎানশিংসে তাইকেৎ তাই,
থম্মোয়দা ইছাং হাং,
উৎকী মপৈনা মীৎমাংদা তত্তুনা,
বসন্ত লৈনমৃনা হারবা থম্মোয় থুদিং,
চোকথখি লৈরাং থুদিং,
কংশিনখি অশুম্বা শারবা
থুংশাগী মৈশাদা, কল্লবা
নোংজুদা পথরবা লৈরাংশিং, লৈকোলসিদা
অরেম্বদতা তারম্মী প্রকৃতিসে,
মীৎয়েংগী ওমখৈ, ওমখৈদা,
পোলোয় পোলোয়দা
কয়িগীনো থংদে,
গ্রহগী থোংচৎকুম অশুম্বা,
মক্কম অমত্তদা লৈতুনতা লৈয়ু
হায়বা য়ারমত্রে থুংসিমক।

করিবু ওইরসিগে থবদা অরেম্বত্তমক
ওইরম্মী।
অদুবু নোংথাংগী মশেক্লা,
ইজিত্তা কাউরকখি থম্মোয়সিদা,
নোংলৈ থুংশিৎনা হকচাংসে তাহৎখি,
নোংজুদা চোৎলবা য়ম্মাউগুম
প্রকৃতিগী চৈথেংদা,
অঙোবা কাঙানা মশা থপ্পকখি

পীবুক্র্ংদা,
কৈদনো চৎলসি হায়হুনা,
চৎপা তম্বদা তিংখলকসিদা
পন অসি লাখ্রা তম্বদা
ঙাসু কাঙাদি অস্তুম্না মুৎতরি
তাইবংদা; চিঙাক্লা
করিগুম্বা মতমদা থাউমৈ ওই,
অমাবস্যাগী অহিংদা ওইরিবমথৈ,
মশা খুপ্লিবমথৈ অস্তুম্না
ঙাসু কাঙাশিংনা মশা খপ্লিবমথৈ
অথাম্না থাউমৈগী মীংলেন্দা,
কঙমত্রবা আশাগী মুঙাইবদা
অস্তুম্না মোমবাত্তিশিংসে চুবা
তম্লিবনি, প্রকৃতিগী থুয়াদা
ফিগাউ শানা য়াহুনা,
'পুক্লিংগী তাকম' চিংথোক্তুনা
অস্তুম লোইনাইদা, অস্তুম
প্রকৃতিনা চুমতা কুয়োম ওই
অমুম্বা হৈনৌদা চংবা খুনীগুম
প্রকৃতিগী তমপাক্তা।
পুক্লিংগী তাকমনা ঙাল্লখি,
পীবুকসিদা লোইনাইদা,
'মৈথুগী হংপোমদা তাউহুনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা',
ঙাসু কাঙাশিংগী শাথেক্তা তাহুনা অস্তুম্না।

অন্নুম্মা নোংমদোন লৈমগী ঈজিংশিংসে
অমত্তম্ মীয়াইজবা ঙমখিদে,
চুম্নবোইদা কাউখি খুদিংমক,
অঙোবা লৈত্তেমদা তাবা মচু ঙম
পুম্নমক ওকখি,
খোইমু খোইরাগী খোঙ্গাংদা য়াউখি
অন্নুম্মা লৈকোলসিদা,
সুম্বনা অন্নুম্মা চেঙ্খি,
হম্মকাউ য়েংলমদা তুরেল ঈচেলগুম,
শামুগুম অন্নুম লম্বীসিদা,
জুংগ্রাইশিংনা অন্নুম তাহোই
তোর্ব্বানসিদা,
লোয়ননা খোইমু খোইরাগী খোজেলদা
সুমত্তদা অঙম্বা খুদিং,
পুম্নমক চেঙ্খিবা ঈচেলসিদা,
অথাপ্পা থাউমৈগী লমজেলদা,
নোংলৈনা পুক্নিং শুক্ষৎহুনা,
সুম্বনা অন্নুম ওইবগা কোম্বনা
অমত্তম্ থাদোকচবা ঙমদা,
লৈহৌশিংসে লৈকা লৈকাদগী,
'ৱসন্তগী কৈরাদা পোম্বীচেক্নাগী'
তাইকেৎ তাইরবা চিম্বান্দা।

অন্নুম্মা নোংহো ওইহ্নি
নোংথাংগী হৌকম সুম্বহুমক্তা
খোঙ্গাং য়ৈম্বিবনা পোথাবা ঙমদা

থম্মোয়সিন্নু,
প্রকৃতিনু কুকেং কাকেং ওইরি
তম্নবগুম,
নমজেল তাম্লহনা অশাক্পা
থাউমৈগী মীকোদা,
মতমনু অমুম্মা হৌথি ।



## অহিংগী থাউমৈ : ২২

নৈমায়দা তিংদম হাম্বক্রিকাউদি,
লেপখিনি শংকানরবা দৃশ্যনা
কুয়োম ওই, লেপখিনি উপাক্লো,
নাপীশিংবীগী নৈশাং ওইরবসু,
শিয়োই লৌনি নৈরাংবু শোম্বুনা,
চিহ্নাংতা ওই মখোয়গী
চুংইম্বুনাতা কারাগারসিদা,
'নিংতম থুহং' লৌহনা,
মুত্তাইবা পোক্কুনা ।

মুত্তাইবা ইপাক শেম্বদা,
অমুম্মা ওসিদি তত্তাইফত্রে,
অশাংবা কুয়োম্মা কুম্নীবমথৈদি,
থম্মোয়গা শিহ্নাগা খানদবগুম,
চপবা তত্তাইফত্রে,

থাদোকপা য়াদরে থুংসিদগী,
'তরেং অসিবুদি' ।
অন্থুম্না, পুম্নমক পাইশিল্লি থম্নায়গী মমি
ওই নিংতম পাউজেল শন্দোকপদা
অন্থুম্না, ফিদম অমতংবু লৌবদা
তরাইথোকপা লৈত কৈদম্নু,
নিংতম পাউজেল শন্দোকপদা,
নাপীশিংবীগী লৈশাংলক্তা ওইরম্নু,
চরুগী থাংপোক্তা ফমহুনা,
লোয়ননা অথাপ্পা থাউমৈগী
মীকোদা থাওমদা,
কম্না কম্না লৈরিবা থুংসিবু,
লৈজবী পাজল থাহুনা শিজিন্নম্নি
তরেংসিদা
মতম অহু য়োৌরকত্রিকাউদি ।

অহুবু,
পামেলনা থংথিদে, থম্মোয়না চমম্নথি,
ফংগদবা মতম অহুমকপু,
থংথিদে কৈদা ওইরিদা,
থংথিদে বসন্ত অমম্থুং চেক্লাচা
অনীমক্লা শুপ্নগী ক্লোরোফোর্ম
ইন্নিক্তা তিংদম তারম্মী,
কৈন্নু থংহোদা কৈদা
পাংথ্‌বনো খোংচৎসে,
থবায়গী পোম্বাদি হোংলমদা,
অশংবা লৈনাগী কোয়োম্নংদা

তাহ্না মোগা তিলনা মনাশিংসে
চাখৎলত্তা ওই,
পুম্নমক থাদোক্ত্না, বিন্দু
অসিদগী খোংকম হেন্দোক্তা
থাংপোক্লুংসিদা, অশংবা কুয়োমগী
খোঙ্হাংদা, থংদা, থংদা,
কনদি কুইশিল্লক্কে,
তিল ওল্লবা মনাশিংসে
লৈমায়দা অঙুম তাক্রিকাউদি,
লৈরোম্দা অঙুম চক্রিকাউদি,
হুংশিবা অমম্লুং অহিংসাগী
চেক্লাশিংসে খোঙ্হাং তোয়ক্লি
থাংপোক্লুংনিদা, অশংবা কুয়োমদা
তাহ্না অঙুম্না,
চেহ্রি ছুয়েলনা,
পুখি খুদিংমকপু,
অহুগা থরায়না খোংকম
হোংদা অথাম্মা থাউমৈবুতা
য়েংহ্না ।
অঙুম্না তাউথয়ক্লি অত্তোবা কাণ্ডাশিং
'মৈথুগী ইপোমদা তাহ্না,
অমত্তা নোংলৈনা কংবদা',
শকুনা ঈশৈবু,
লৈমায়দা তাহ্না মীহুংশিগী পাউজেলশিংসে,
থবায় অমম্লুং শিঙ্হাগী লৈয়াংলকসিদা,
লৈনমদি য়াউদা থাংপোক্লুংসিদা,

খোংলুইদো, লৌশিলো পাজনলি ঃ
ময়েকশিংসিদা তারবা, হকুখীগী লৌশিং
ক্‌জায়ায়ীদো, থাউমৈনা লাক্কী ওইরবা,
লৈমায়দা তাহনা পাউজেলসে,
খাংপোক্‌লো বারীগী রারীদা,
থাউমৈসে চুরিবনি খাংপোক্‌লো,
অথাপ্পা থাউমৈগী মীকোনা চিল্হনা,
খুং অসি থাদোকখি,
ওইনমক মকু কেন্দ্রবা পাখেলমে
কুমজা কয়াগী লোংলৈ খুংশিং
নংবদা,
অথাপ্পা থাউমৈগী লীচিংদা তোংহনা,
ফওমদবসিমক্তা থবাগী পোমিং
হাম্বীরি তওনা,
তয়েং অসিবু থাদোক্তা,
খাংপোক্কী লৈতেং ওই,
মথৌ মরাউশিংসে লোক্লিবনি,
লৌবুক্তা লাইজোনবু থাদহনা,
অশংবা কুয়োমদা লোক্তুনা,
মৃত্যু তিলনা মহাকাশকী মাংজাবু
মংদায়, নোংইনওম শক্তিবু
মীতানা, অহবু ওবিদি
অশংবা কুয়োম্‌ংদগী খোংজম
লেংবা ওমজ্রবদা থবলগী মঙালদা
ঊকুকবা ওমজন্ত্রে ।
মহুতনা লিংবা কায়বা

# অহিংগী থাউমৈ : ২৩

শুজ্ঞাংলাংসিগী খোংশিংহুবুনি থীরিবসে,
স্বুম স্বুমদা তোংহুনা;
লৈমায়বু হায়দোক্লিবনি অহুগীদমক,
বিজ্ঞানগী যুগনি হায়হুনা অহুগীদমক.
এবিষ্টটলদগী হৌরহুনা ঙসি কাউবগী
পৈরবা চৌংহুমদা, অহুগা
সিরিশিংহুদা মায় মারহুনা
লোইনাইদা, লেপ্তুনা হায়দোকখিনি
লৈমায় লৈমায়শিংসে, খোঙ্গুলহুমক
থীবদা, মৈরা মৈরা চুথংলিবনি,
অস্তুম অস্তুম কাথংলিবনি
পোম্বীচেক্রাশিংনা উকৈ অমদগী
উকৈ অমদা, খোঙ্গুলবু লীবদা.
স্বুরনা পুমনিল নিল্লক্লি অস্তুমা.
কুকিলগী খোম্বাংনা অয়ুক থুদিংগী
উমং আসদা, সুতাইবা তমহুনা.
থবায়গী লৈনা কম্নাবু কাউথোকপা
তম্লি. থবায়গী লৈনাসে অরেম্বানি
খঙলক্রবদা. রাসেপ ওইনা
য়েকএবা হৈরাম্বনা থল্লি,
চেনক্কমদো কৈদনো হায়না.
স্বপ্নগী কোজোয়সিদগী নাম্বোক্লবগীদমক.
চাক্লুকপু চাথোকপা লোয়রগা।

অহুনা ক্ষৌচরোংশিংবু থংনবদা,
পোম্বীচেক্লাশিংনা মতু মশা থংনরি,
চিংনরি অমনা অমদগী,
অমগী চিম্বান্দগী অমনা মুন্দুনা,
অত্তিয়া মকোয়সিদা অম্মুম্না
বিনাগী স্বুবদা পাক্লক্লি চিক্লবগী
ভাম্বাবু য়েহুনা অম্মুম্না ।
নেপোলিয়ম্না ভোর্ব্বানগী
ঘাট ঘাটতা পাইশিল্লম্মী,
চাকলুকপু লুমহুনা প্রকৃতিগী
ভম্পাক্তা, হুরাম্বগী থুত্তগী হুরাম্বনা
হায়বগুম ভস্তনা পাইক্লক্লি
চেক্লাচা কয়া, দর্শনবু
হৈনরি, চংলি যাত্রী ওই,
আশা অহুনা হৌনবী শক
চিক্লবা ভমহুনা, লাংবা ভমহুনা
ভম্মাংলাংদা ভারবদা পাম্বৈ
লৈত্তা, বুগ কয়া হৌরক্লে অম্মুম্না,
চেক্লাশিংগী ক্ষৌচরোংগা কোয়না,
ঈচেলদি ভত্তা অম্মুম্না ।
ইলোয়াগী শায়েক থোক্তুনা,
ভাজমহলগী কুয়া শাহুনা,
মথং মথং চাক্লদকশিংবু মুম্নহুনা,
চিক্লহুনা চেক্লাশিংনা,
মৈশক্লি অশুকপগী থৌদাংবু,
মৈশদম্রি ফজবগী মীংলেখ্,

নাপ নাপদা চংহুনা,
চৎসি, চৎসি, হৌরি [illegible],
ঠৈকদনোদি হায়দোক্কে,
ঙম্লংলাংগী খোং অসি [illegible] ।
অমুম্না লমথাকসিদা,
মীংলুদা ভাগৈ নৈতোম্বী [illegible],
মরম অমা পুথোকপদা,
পুন্সিচুম্না হোৎনরুই অমুম্না,
অচুবু মরম চায়না লখী থংলখী ।
অমুম্না কুহাদা লংথবিরম্দা
ওসিদি, করম্না সমজকু কংগনি ?
কম্লনানা, অঙৈবা শত্রুর অমথক্কবা,
পুনশনি ঠৈকদৌঠৈ ?

কল্পনাগী চেকপন ঠৈরমদে,
থোংচৎকী চেকপন্তনি থেংনরিবসে,
লখীসিদা পোখাম্বা যাত্রিকী,
অমুম্না কম্লনাদি চংশিল্লি
ছুরেল ঈচেলশুম,
নোংমদি পহ্‌ংদা তিম্নঃনি আশাদা,
কালিদাসকী মেঘদূত কম্না
মেক্লখী অমুম্না থোগীগী
পোমিৎ কংজ্জা নোংথাংগী
মশেক্তা, খোংনাংথাছুদা
থোগী কম্লানা কম্লখী,
শারেক কম্না যেক্কদনা,

কয়নাগী য়াহোং ভোংহনা
জগোই শায়ম্মী কৃষ্ণনা
বৃন্দাবন্দা, মঙলানভমক
য়ানশিন্না ভমহনা।

অহুবু ফংলবোই খম্নুবা কয়া,
অমুম লাপথোকখি, অমুম লাপথোকখি,
নোংথাংগী মশেক্নুম মীকুপ্তা
মাংখি; চেকপলসিদি মফমদগী
লেঙদরি, মীৎয়েং থুদিংদা
শামরগ্রি লীলাশিংসে,
নোংদৈল মুংশিৎনা চৈথন চৈথন
পুথোক্নদনা, উরুবা থুদিং,
পম্নদং ওইরবোই খল্লদ থুদিং,
অমখক্তা ফংলম্মী,
কয়নাদা অমুম ভারম্মী।
অমুম্মা ভাউথরক্লি ওসিন্নু অঙোবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা ভাউহনা,
অমম্বা নোংদৈলনা ফংবদা,'
লোয়ননা শক্নদনা থরায়গী মিংশেলদা,
চৈঙবু ওইহনা জগোই শাথেকা
কোয়না, অম্মুয়া নিঙমদবা কয়ানা
মুঙাইববু মীভাহল্লি,
নোংথাং ওই থম্মোয় লায়ুমদা
কুফেৎ কাফেৎ ভোহনা,
কাঙাগী জগোইগা কোয়না,

কল্লনাদা ভোংহ্নুনা,
অথাপ্পা থাউমৈগী মীকোদা লৈঙমদা,
চুখৎলিবনি মৈরাশিংসে,
চাকলুক মশীং হেনগৎলম্বতা ওইরম।

অহুবু মৈরানি খল্ল্ৰবা খুদিং,
চিক্লবা লেপ্ত লম্মাংসিদা,
মসিনা হৌনবী ওই,
উনাশিংগু হায়রি 'কর, কর'
মালংগী ইপোমদা তাউহ্নুনা ;
মখৌ যম্নাউগী মশীংগু হেক্কৎলক,
মঙোল মশীং হেক্কৎলক্লবদা,
নোংলৈনা লেপ্তুরি,
য়াইবীনা চংলি মৈরা ওই
ওহাক্নীদমক,
অথাপ্পা থাউমৈগী সাক্নীদা
অম্নুম্না, পুম্নং লংথরে লম্বীশিংসে,
শাগৎপা লেপ্তুরি পোৎচাকশিংদি।

***

# অহিংগী থাউমৈ ঃ ২৪

খুহুম চনশ্রবনি কম্লনাগী দূত্তিত্ত.
লাইরম্লেনগী অম্লা মুঙাই মশক্তুংগী
চোকথবা লৈত্তবা খৌনাহু. য়াম্লা
চেকশিম্লা কুমথরক,
মোইবুংগী খোঙ্জেলদা পুহুনা,
মৈখুলকসিদা. অহুগা লাইরেন মতুং
ঙা ওইনা. হুংশিবা হৈনম লৈনমবু
পুহুনা লাক্লবা.
কম্লনা দূত্তিবু খুহুম
চনশ্রবনি কয়ারক,
অঙম্বা মত্তিক কোংদোক্লুনা.
লাম্মী কয়া মথবায় থাশ্রবনি.
'থায়াত অহুবু' থম্মোয়দা কনমহুনা,
অথাপ্পা থাউমৈগী মীকোনা চৌংহুনা,
খোরীসিদা অন্থুম চৎখি.
অন্থুম চৎখি মালংগী শাহুমগা
কোমনা, তাম্বাহু থম্মোয়দা ওক্লুনা।

অহুগা মুনতম্বংগী রকেটসি শাশ্রবনি
চেক্রাচা কোটিগী মত্তিক
পুম্লমক তাশিন্দুনা,
অথাপ্পা থাউমৈগী মীকোনা চৌংহুনা.
কম্লনা দূত্তিবু কনমহুনা.
নং ঐগী য়ারী কয়া ওইরি,

চিঙ্খাং ওইনা শোম্মরি
শংফানবা অতিয়াসিদা পুম্মক
ওইবগুম,
অপাবা লৈচিল নেংংফাইদগী হৌহুনা
মুশিন মুবা নোংহৌগী হৌফম
ওই, তাইবংগী থবায় হাপ্পীহুনা,
কল্পনাগী মমি অমগা লোয়ননা
লৈকোলসিদা,
পোকপত্তা লায়রিবা অঙাংগী
মীকপতগী হৌরহুনা শিরমদাই
অহলগী নাহেখোল ফাউবদা,
কোইপাই পাইরি মৈথংবী ওই
কল্পনা দুত্তিনা,
কবিতাগী ইনোৎ হাপ্পী।

হায়রিবা কবিতাসি লমায়দা
তাবা ময়েকশিংবু নত্তে;
তাইবংগী হৌফম ওইরিবা,
অনন্তগী মথাদা লোৎলিবা,
অন্তর অন্তরদা সমক্রুগী
থোরায় ওই ইনোৎ লেপত্রিবা,
সুরগী কুম্মৈ অহুবুনি;
মীৎমাংদা তারবা পোৎচাকশিংগী,
অঙকপশিংগী ফংকম লক্লাং,
থুনকম অহুবুনি।
অসুম্না মশক লৌরিবা কল্পনা-দুত্তি

অত্তবুনি থম্মোয় থম্মোয়গী
লৈত্তেমদা তান্নিবসে,
হিনাউবু ওই ইপাকসিদা,
ধ্রুবতারাগুম পুক্নিং শুম্মৎলিবা ।

অহবু কপ্রিবনু কিবদগীনি,
হিনাউসি তাপ থুংনা থাজংপা
শুমত্রবদা, লাপ্পা লাপ্পা লেপ্তুনা,
থৌনিহুনবা কুমজা কয়া হৌখ্রে,
তৌগবা মথোয়শিংগী
জয়ধ্বনিগী মীনোকলক্তা,
থাগমদে থম্মোয়সে,
শোহবদি অনুম অনুম হেক্লিনলক,
মায়থীরবা লাম্নীনা পীবুক্কুংদা,
মথোয়গী মতৌ হেংজবা শুনজত্রে,
থুত্তমবু চন কম্লনা দুক্তিবু ।

অহবু লম্মুক্কুরবা খোইমু খোইরানা,
অন্না অনং, নিংমদবা অমম্বুং
অশোষগী মিনাবু খিংহনা,
কনাগী নাপদা চংজরি ?
অমম্বদরা ? অঙাম্বদরা ?
থংদে, থংদে, কৈদম্বু থংদে,
শিন্নজনি হমাংসিজদি,
লম্মুক্কুবা মৈশা লাংহনা,
লোয়ননা লৈরিগনি,
মহাবীর বর্ধমান উমংহুদা,

বিন্দু অমদা,
লোয়ননা ত্তোর্ব্বান অনীগী চীদাইদা,
কোয়না গঙ্গাগী লাইজগা,
হৌজিক্কা মহ চেন্নবা।

ওইনমক পোত্থাবা য়াত্রে,
নৈরথোকপা য়াত্রে তুমিন্না,
চাউরবা রাথোক্কা,
থৃংপাইহনা চিংশিন, শরুক
য়ামিন্না, কৌরকপদা কল্পনা দৃষ্টিনা
মণ্ডলান্দা কাইহৌহনা,
মীকুপ থোকহন্দুনা,
থোংচৎনা অন্থম পনথ্রবদা
সুংদি সুং ওইনা,
কল্পনা দৃষ্টিনা অশুয়া
অন্থম চংশিনখি. আকাশকী যাত্রা
ত্তৌহনা অন্থমৃত্তা শাগংলি
লাইথীশিংসে, লোয়ননা
চুরুই অমুকন্থ চুমথাংগীলক্তা,
কয়ারক কল্পনা দৃষ্টিবু
পীবুক্কদংদা কুমহনা।
অহুবু থম্মোয়না নৈরমদে নৈকদস্থ,
থোঙ্গুলনা কপলি ফিগাউ শানা,
শল্লহনা মচু মনম নৈত্রবা
নৈকোলমদা, কায়রবা মিংশেলগী
সুংগ্রাই চেকাইলক্তা, ঐগী

মঙলাশ্লা তাক্লনা,
কাচিন কোয়াদা খনকম লৈতা,
খোক্তা ইক্‌ংনা খম্মোয়গী আশীর্বাদ।

অহুবু মীকুপ্পা মাংখি করিগুবমা,
খুৎ তৎলবা ঐগী ইসুংদা,
কাম্নক্রে খয়া য়াম্বখি,
অমম্বদা তিনখি।
অশুম্মা ওসিম্ন তাউথরক্লি অঙৌবা কাঙাশিং,
"মৈখুগী ইপোমদা তাউহনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা",
উত্তাংবীগী লৈমায়দা,
অশুম্মা তাউথরক্লি অঙৌবা কাঙাশিং,
উত্তাংবীনা লাকশিল্লকপনা অশুম অশুম,
ইতিহাসকী লৈমায়সে,
শম্মোকপমথৈ সত্যতানা অশুম অশুম,
উরিৎ মহুমগী শিংলিশে,
উরিৎ মহুমগী পৃথিবীদা,
উত্তাংবীগী লৈমায়দা,
খেওঙ্‌বা খুদিংদা খরায়না লেপ্লম্মী,
অঙৌবা কাঙাশিংনা তাউথরকপগা লোয়ননা,
'মৈখুগী ইপোমদা তাউহনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা,'
কয়না দুক্তিনা ইশন শম্লক্লি, অশুম্মা,
অত্তয় অত্তয়দা সমক্রগী যোবার ওই।

※※※

## অহিংগী থাউমৈ ঃ ২৫

লাকমহু মখোয়গিমে ইনাক্তা,
থীররোই রারী লীথুন অমত্তা,
অত্তবসিমক্তা অপুইবা শক্তন্না
থাবল্লু পামজবী নোংইমা,
থাদোকপতমক তম্রনি, তপগী
হৌজিক্তংগী বাখলদা লুপ্তন্না,
ভানা ঈশিংদা শায়বগুম,
প্রকৃতিগী লীলাতংবু তুংইমা,
মখোয়গীলক্তা কমহুনা,
থুক্তা তুংথং পায়হুনা, তুংগী
মপৈশিংবু থুগাইহনা শায়খিনি,
অহিং তুংখিল পোথাক্রবা খল্মোয়গী
মৈচাক কয়াবু মখোয়দা অশুম
কখোক্লনি, অশেংবা প্রেমিকা অমনা
খল্মোয়গী তুংশি ঔরিক পূবা
প্রেমিকী মকমদা কখোকপগুম,
মখোয়গা কোয়না ক্ষুটারবু থৌহনা,
চৎকনি রকেটপু পাইমিন্না,
অকমা শক্তনা মখোয়গা কোয়না ।
অমুমা থাদোক্লনি রারীগী লীথুন ।

অহুবু অফিসতা টৈপরিবা চেগী
ময়েকশিংসে শেমদোক শেমজিন
তমখিনি, লমজেল তায়হুনা,
থাবলগী ইপোমদা অহিং তুমদা,

খোংদমছুনা য়োমিও অমম্বুং খুম্লিরেট
কয়াওম, লৈকোলদা তাউদনি,
ওইছুনা কাউজন থীয়া মীওইবশী মপোক্তা,
থীরুদনা বারোল কয়াবু ।
অহুবু করিগীনো থংদে,
য়াথকসে ইলাং লাংই তত্তনা,
মীৎলুগী মঙালশিংনা হৈমজিন্নকখি,
খম্মোয়দা অমমবগী নোংলৈঃ
তোল্লি, তোল্লি, য়ৈরখি,
কাথবা ঙমদা ইহৌশিং,
অশোবা শক্তম্না অন্নম লাকখিল্লক,
নোংইনবু লংখনা হাইহৎলৈ মঙালান্দা,
মশক্তি উহৌদা শকলোৎপা ওই,
হায়ছুনা নোংইমা থাঙবা ঙমদা,
মালংদা কোইমা মা,
অমত্তনু কংজ্রবদা,
থাবলগী ইহৌদা স্টেচু অদ্‌দা
কদ্‌জিন্দুনা, চৈনা কয়ারক
থাংলৈ ঐগী মঙালান্দা ।

অদ্‌বু অথাম্মা চৌংয়াগী
থাউমৈগী মুশি মুশি মীকোদা,
অয়াবা ইনোৎ ইনোৎত্তা
কাউগৎপা তম তাইবংগী
শক্তমসে অমুক্তংগা উজখিগে
হায়না তাউদ্‌না, অন্নুমা
অথাম্মা থাউমৈগী মৈরীনা লক্কবদা ।

থ্রেরেদিনা থুহুম চনখিবা অহুমা,
কাউবা রাখলগী ইপোম্মা
অমন ওই, কুকেং কাকেং তৌরমা,
দুর্গগী বাংমদা অঙাউবা
অমগুম কোয়চেন চেন,
মতম লেবা তন্নিবনি
উনাশিংমে থং থত্তুনা
হৌখিবা থংহৌদা, বসন্তগা শিংনবদা।

অহুব, তাউথরক্লি অঙৌবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহনা,
অমবা নোংমৈনা কংবদা',
ঊশৈগী মুরদা হকচাংমে লুপ্তুনা,
থমোয়না মৈকুদা ওইরবনু,
মালংবা চুংশিংনা হকচাংদা চম্রকপরা,
থেমজিন রাইদা তাহনা,
মত্রগী রাইদা থনাইহনা,
অগোই শায়ক্লি অঙৌবা কাঙাশিং,
মৈয়োমিনা উং ওন্‌ত্রিবমশৈদি ওইরনি,
রাশকপু কাঙাগী অগোইদা লুপ্তুনা,
অনৌবা সেন্নিংগী কৈরাদা তাহনা,
পৃথিবীগী মেপপু হায়দোক্তুনা
অমগী নবী থীবদা,
অউবা নবীদা বাজ্রামে,
থোংশাবা রাগজা থাজনা।

[illegible], [illegible] [illegible] পাইদি,
মহুত্‌ংগী [illegible], মইশ মইশ [illegible]
ইশেং ইকো লৈমোকপি, [illegible]
হোমপীতাম, [illegible]।
মীংলেম, মীংলেম শম্নোকত্‌লা
লৈমায়মিদা পুন্নমক ইশিন্দুনা থম,
উং অদুনা কোকমিদা,
হিংবগী মিতাদা শিতাকত্‌না,
লৈথদ্‌বী কয়া শাইশিন্নকপিদা অহুওম,
অপংবা শিহুনা নাইতোম তারগা
মতমদা কৈদু কংবা ওমথিদে,
মুংগ্রাইজর্কপিদা ।
অহুমু অপাঙ্গা খাউবৈগী মীকোপা,
থম্মোয়দি পোথাবা লৈথিদে,
নোংলৈদা উনাওম লেনথি,
লোংচথদি ওমথিদে স্তৈদু অহুনা,
চংজকম লৈথিদে, অহুনা
ইনোম্থমক হোরকথি লমকৃ ওই ।

অহুনা অওাউবা অমওম কোয়কেন [illegible]
নত্তনা উপায় লৈথিদে,
পুন্নমক কাউদুনা [illegible],
থাথলনা অহুম য়াউশন
লমজেলমিদা,
মখোয়গীলম্তা শামহুনা,
পুন্নমক লমজেল তামহুনা

মখোল কয়াগী ভুরাদলানলা অকোয়বদা
পুমকোয় কোয়শিল্লা চৎকদবা
লম্বীদি ওহোল্লা শাংব্রবদা,
থাউমৈগী মীকোদি অথাম্বদা
ভৎত্রিবনা ।

অহুবু খুমুবদা থম্বোয়সে চৌংথাইবতা ওই
ঘমন্ত কয়া হৌব্রবদা,
অকাউবনা অন্নুম লাকশিনক্রবদা,
উনায়ানাশিংনা অন্নুম কেনথিবদা,
চিংনদবা ওমদে, চিংনদবা ওমদে,
খ্ৱাইদগী মীৎলুদা 'মনি' ওইবা
অচৌগী হুংদম্ন চুটকী ভূত্তি অমা
অন্নুম্না চৈনবনা,
অন্নুম্না অকিবগা কোয়না চিংনদবা
ওমদে, অওইবা মূর্তি কয়াগীলক্তা
চিংনদবা ওমদে লমজেল তাম্মিম্নরিবা
লোয়নবশিংগীলক্তা, চিংনয়না অন্নুম
হেক্তিল্লক উনা য়ানাগী তাম্বাদা,
লোংজু কয়াগীলক্তা, ওইনমক,
অথাম্বা থাউমৈনা খৌজিল্লি,
থবক্তা লুপ্পবা কর্মচারী চিংথোক্‌না ।

# অহিংগী থাউমৈ : ২৬

অমম্বোমদা, কাউরগে থম্নবা থুদিং
অয়েংবতমক ওইরম্বা, মতমতমক
মাংলম্বী কাউনবা হোৎনরুবদা,
করম্না দুক্তিনা নুমকক অমি
থোক্লিবমখৈদি, লৈহাউসিদা চাউদবা
ওমদুরে, থাদোকপা ওমদুরে
নোংইম্না মঙাল মশেক অমত্তনু ।

ঐবুত্তদি হায়োবীনু, অদুগা
শিংথাবীরুনু ।
অদুবু, তাররে নোংজুনোংলৈলকসিদা,
লৈশাংশিংসে প্রকৃতিগী লীলানি
থম্না মাউরুবমকনি । অসুম্না,
নুমকমসিনা সাক্ষীনি;
নোংইন্দি অমুম পাইবনি থাবলগী ইপোমদা
লৈরাংশিংনু অমুম শাৎপনি,
করম্না দুক্তিগী শারেক্তা,
মত্তোমত্তা কাউরকপনি লৈচিলশিংসে,
সাটান অমসুং ঈশ্বরগী শক্তমদা,
করম্না দুক্তিগী থুংনা লৈরি অমিমক
চিংথিবনি, শারহুনা
মশক লোৎপা শকলোৎপা,
চকু অমিত্তংবুদি মাংদা থম্বীহুনা,
হাইবীগী থোংচক্তি লোইদা,

তায়রিবা শক্তি কয়ানা,
কোয়চেন চেৎগী দৃশ্যসে উবদা,
পৃথিবী ইমানা খোঙোম মীপোক্তল,
মতম্বাক্তা মচাবু পৌকাম্নি
হায়দবা তম্লোই,
থম্মোয়গী খোল্লাংদা তাল্লাহুমল্লা?
মরু ওইরবদা, লুপ্নবদা সুংশিগী
ইয়াইদা ।

নোংজু কয়ানা অম্বুম্না কক্লেম্নি,
অথাম্না থাউমৈনা পৌজিন্দুনা,
চৎসি, চৎসি, কোয়কপদা,
অম্বুম্না থাওমদে থম্মোয়সে ।
মখো পোংনা খোংলি,
পাউতাকশিংবু লৌহুনা,
লখী লম্বী চত্তুনা,
খোংচৎ কয়ানা ইনিল নিল,
পৃথিবীগী কজবু চিংথোকপদা,
অহেম্বী তাম্নরি অম্বুম্না লমজেলসিদা ।

উমংশিংবু অমুক ককথৎতুনা,
অমুক শাগৎতুনা উমং কয়া,
লৌখোক লৌশিন তৌহুনা
তোর্বানগী সুংথ্রাইশিংসে,
পোথাবা হৈতবা আম্মানা কোইনিল
নিম্নি, মীংচৎকী ময়াইদা অম্বুম্না
পাইরি চেক্লাশিং অতিম্নাদা,

পোথাবা নৈত্তা কুকিলগী সুরবু
পাম্মুনা, পৃথিবীগী মীংশেল্লদ্ শোম্মুনা,
অদুম্না তাউথরক্নি অতোবা কাওাশিং,
'মৈথুগী ইপোমবা তাউহুনা,
অমবা নোংমৈনা কংবদা' ।

কন্নবি অওবা মথিক্না
থম্মোয় লাইমুমদা থোংগ্রাই শক্তুনা,
নৈরাংশিং নৈকোলদা তান্নরি
ত্তথগী, মহাকাব্য লেংনবগীদমক
ব্যাসনু কমলৈ নৈকোলহুদা,
ঈশৈগী সুরমা ঈচেলবু শুচনা,
সমক্র তম্না......

অদুম্না কাউরগে থল্লুবা
অরেমতমক তাইরম্বী, মহাভারতকুম্বুনা
মাতদা লেপ্পবদা থাজবা
তমথিদে, হুংশিবনা অদুম
অদুক লাকশিন্নক, পীরাং
পীরাংদা তারম্বী 'সুরছুমক,
তনিক তনিক শক্তিক থাবাতম
তহাক্তং পৃথিবীবু থম্মোয়দা
মোকচক্কই, মালংবা অহুবু
তরাম্না তক, মীকুপ্তদা,
শক্তিক থাবাগী মীনোক্তা
বিশ্বব্রহ্মাণ্ডসিবু উজবা কংবদা,
থুদোংচাবা লৌনিংহুনা,

মখোয়গী মজৌ তমজুনা,
থুংসিমক পোথাজুনা লৈনিংথিদে,
চেক্লাগুম কোইপাই পাই
রাখলদা তাজুনা, কল্লকথি,
মখোয়শিংনা হিংসা অমম্বুং অহিংসাগী
লাম্বদা শিংনবগী মৈরী চুরথি ।

অদুয়া, অথাজ্ঞা থাক্তৈমগী মীকোঁদা পুজুনা,
কোক্তা ঈশাইকদসিমক থোংথি ।

অতুবু অবাবদি,
অথাজ্ঞা থাক্তৈমগী মীকোঁদা থাগমদা,
লোয়ননা কায়প্রবদা ঈশাইকদদো,
অহাংবদা কোইক্তাউনথি, অদুগা
মচা কায়নরবা খ্রীগুম কোয়চেন
চেল্লুই লঙ্কাং অসিদা,
শিবগী চৈনা অমম্বুং অকিবক্তনা
ওইরিবা নিংথৌগী চৈয়াক্তা,
মালংসিদা, শাসনজুগী থাদা,
লৈয়াং লৈকোলজুদা ফম,
খোইমুগী খোম্বাংদতা কাইদোংলুই,
ঈশাইফুনা চেক্রাই ওনথ্রবদা,
পুজিগী থবায়না লোংথ্রবদা,
মালংদা অদুম তিনখি, অদুগা,
চেক্লা কয়াগী কায়দোংকমতা
ওইখি তত্তনা ।

✼✼✼

## অহিংগী থাউমৈ ঃ ২৭

মহুমসিদা ময়ুম ওইজবত্তনি,
মখোয়সে মত্তিকপু কোংদোক্লহনা
পুক্লিংগী লমতাক অহুদা,
খার্থদা লুপ্তদ্‌না,
ওমগী হিংবগী মিংদা
হয়াখগুম মাত্রা তৌহনা, অয়ুকপু
থম্মোয়বু হয়াখগুম কিথ্‌ক কিরুম
লোস্তদ্‌না নিয়তিগী মরুমদা,
থুংলাইবু থাদোক্তা থুত্তগী।

মপাং কয়ানা, অমনা
অমবু হঙ্গোইরি, চংবদা
কিনরি গেইটত্তুদা,
মহুম মহুমগী রিক্লেপ্সদা
থোক্লিবনি ত্রামাগী লৌচিংসে,
হুমিদাং য়াচংবা মতমদা
রাভোল্দা, চেক্লাশিংনা বায়ক্তা লোস্তদ্‌না,
মশা কর কর হাই হুমিদাংরাই
ভাজ্রাবা মত্তাল মশেক্তা,
জগোইগী কুম্মৈ লাখগুম তথকই
থম্মোয়সে।

মীৎলুদা ফজিল্লি মশাশিংনাঃ
কায়দোংদৈ থম্মোয়গী আক্লাদা,

অসুম্না মহুম মহুমগী
মিক্লেমদা, ঈশ্বরগী মতিক্দুম তাউরি,
হিনাউ হিনাউ পুখোক্লহনা,
থাজবা ইপাক শেমহুনা নোংমা
নং ঐগী য়াম্না ওই,
তোর্বানসিদা কমছুনা কুম্মৈশিংনা
অসুম্না কাইদোং ওইরবদা,
উপাল য়াপালশিংদা অমুবা উহৈনা
পুময়োম য়োমখি, লৈরাং লৈকোলদা
লৈরাংগী লৈনম্না হাখি,
ওয়গী অপুবা শক্তমদা
লংলা অমত্তং থম্না,
লম্বী অসিদা চৎনবগী পোম্বিৎ
তাক্দুনা, অসুম্না,
পনখৈ পনখৈ থক্লিবনি।
পোৎশকী চোংবা ওবগী পনখৈ
লৈবগুম শোয়দনা, অসুবা
মপাং অমত্তম্ থাদোকপা ওমদে,
সমক্ক ইয়াইদগী নোংলিক অমত্তং
থদোকপা ওমদবগুম,
পুম্নমক শাম্নরি সৃষ্টিগী তমপাক্তা
নিংতম্না, ইপাক অমত্তদা তিন্দুনা,
য়াখলগী ইপাক্তা নৌবু হোনমিন্নরি;
লৈশক্লি তোয়না পৃথিবীগী মচুবু,
দুংগ্রাইশিংসে থুন্দুনা।

লৈকোলদা খোইমুনা লুংশিগী হলোমদা,
অপাম্বা বাখলনা খৌশিন্দুনা,
মীৎলুগী মীংশেল মীংশেলদা খেৎলখি;
অতুগা শৈশক্লি, মহুমশিংহুদগী
কৌনম্নি থম্মোয়গী খৌশিলদা
ইকো শংহুনা ইলাং লাংলি
শৈশক্তা ইনোৎ হাপ্তুনা,
মীৎলুগী মীংশেল, মিংশেলদা তাহুনা,
জ্ঞানগী থাউমৈবু শিম্নবিবদা খুৎশিন্না :
অথাপ্পা থাউমৈগী প্রভাবসিতং
থাদহুনা কোকসিদা অমুম্না :
খুহুংবু লীবদা,
ভন্দনৃদি লেপ্তুম্নি, অহুবু
লৈরম্মী অমাম্বা মণ্ডালকুয়োম্মদি,
মহুবা লাইরিকী লৈমায়শিংদা,
অতিয়া মখোয়না অমাম্ব্যসাগী
ভমপাক্তা কমপ্রবদা অহুনু।

অমুম্না ভন্দন কয়া ফারিবনি
শাদাম্বা শাদাম্বনা, মহুম শাহুনা
উপালসিদা মৈন্নাম্বী অমগুম
আশাগী পামেলদা, কল্পনা-দৃষ্টিনা
হম্বা মায়কৈদা অমুম
খোংদমহুনা, অমুম্না থম্নায়গী
সুস্তাইবা কয়া হৌপ্রবদা,
হেম্না হেম্না কমকোর্টৈবল ওইরক্লি
মহিংসে, ভন্দন ভন্দনবু

কাহুনা, খুহুম চম্বুনা,
তোর্বানগী মুংঙাইশিং খুন
খুম্দুনা, অদাং অদাংবা মচু
মচু লেন্থুনা মঙলানগী
খোজল্‌দ কয়া তাখরে ।
অহুবু মীৎলুগী খোংচত্তি লোইনাইদা,
মীৎলুগী কুইশ্নদি ঙৎঙবদা,
প্রকৃতিগী মিংশেল মিংশেলদা,
মঙলানগী শায়েক খোৎ
খোত্তুনা পাইখিবনি চেক্লাশিংনা,
কৈদনো তমহৌদা,
লোৎখম কৈদনো থংদা,
উৎকী মপৈদা শকপ্রবদা চেক্লাচানা,
প্রকৃতিগী মিংশেল মিংশেলদা,
শায়েকশিঙমক লৈরম্মী,
পুক্নিংগী সমত্রুনা তাইবংদা চোংখোক্তুনা,
শায়েকশিংনা খুদম ওই ।

থরনিদি পুখিরে অম্মুবা মলোমসিদা,
হকচাংলে বিশ্বব্রহ্মাণ্ডদা অমুক থুপ,
বিশ্বব্রহ্মাণ্ডনা হকচাং পোলাংঙুংদা অমুক চং
অম্মুমা কেকু লোৎপী শারদি,
মুরনা ইনোৎ হাম্মীরি ।
অহুবু মুংশিবা মুরনা অমুকন্থু চোকথহল্লে
পীবুকপে, বিশ্বগা অম্মুম শাম্নবদা,

থম্মোয়গী পনখৈ নত্তনা পম্বদং
অমত্তম্ভ্রু কঙমত্রবদা, গোলহুমক
চম্বা ঙমত্রবদা,
অম্মুম শম্মোকাখিবনা, অম্মুম
শম্মোকখিবনা মহাকাশসে,
অঙৈবা শক্তমদা মপান নাইদবনা
অম্মুম ক্ষাউনা চৎখিবনা থম্মোয়হুংদা,
কৈদনো থংহৌদা,
পনখৈ অত্তুগী শায়েকতমক ত্তাহৌই।
চে অঙোবদা মচু মচুনা অম্মুম
ত্তাহৌবগুম,
প্রকৃতিগী মিংশেলদা ত্তাহৌই,
শায়েকশিংনা গুলাপকী লৈনম
য়েল্লকই মালংবা হুংশিত্তা
ঈরোইনা থরায়গী থোংজেল
থাজজনা। অত্তুবু,
মহাকাশক্ত অম্মুম শম্মোকখি,
অম্মুম শম্মোকখি, খুৎসিনা ফাজবা
ঙমহৌদে, চেক্রাগুম কৈরাদা
ঙহাক তোংলম্লগী কৈদা
চৎপ্রবা থংহৌদে, হৌখিবা
মতমগী কোয়না অমম্বনা মরুত্তা
ওইরকই অম্মুমা, ফাথবা ঙমত্রবা
পীবুক্তা কাইহৌহুনা।

অদুবু, তাউথরক্লি অভৌবা কাণ্ডাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউত্তনা,
অমম্বা নোংমৈলনা কংবদা',
শায়বগী মঙলান্দতা তাউহুনা,
শগোই শাথেক্তা ঈরুপা,
বকুল চরোংনা হাইবগুম,
কায়দোংমৈল মঙলান্দা ।

⁂

## অহিংগী থাউমৈ ঃ ২৮

শুন্দাংপা সুবদা তারবনি খম্না,
বকুল চরোংদা মোলথাংনরুবা,
অদুংক্তা ইরাল শুইরবনি ; ঙসিদি
কোকিলশিংগী নাহেংখোলনা তাগুম
খিল্লরে ; থুমুগী নশাদা শাদাম্বগী
তেম্না পাম্বগুম,
দশরথকী পাঙ্গবা সর্বনকুমারনা
থুম্বা ঈশাইকদ্ পাইনা তিংদম
হায়থবা অদুগুম কুকিলগী
নাহেংখোলনা মাংহনখরে ;
যেক্ত.না শায়রবা আদর্শ থুদিংমক
লৈরোম্মা কুপথরে কুকিলগী
নাহেংখোলদ্রিক্তা, খাম্বা য়াত্রবা,

মতোমতা চেৎনবা প্রকৃতিগী
মেশিন্না অসুম্বা অসুম থোক্লবদা ।
অদুবু, তাউথরক্লি অতৌবা কাওাশিং,
'ঐথুগী ইপোমদা তাউহুনা,
অমম্বা নোংগৈনা কংবদা',
তাওমত্রবা নাহেথোন্নক্তা,
করিগীনো থংদে,
যোগী অমত্তম থুংমচাগী লৈরি
মশীং থীহুনা,
অমম্বদা মওদম্লি থোইহী কয়া :
মেহিনগী থোক্লেলদা থাওমত্রবা,
নাপগী পর্দাসে কাউহুনা,
কুকিলগী নাহেথোলগী পোৎলুমবু
কোক্তা থোংহুনা, অসুম্না ।
তুরেলগী ঈচেলনা অসুম্না চেহ্নরি ।
অদুবু তাহু কাওাগী ইপোমদা লুপ্তুনা
চোকথরবা লম্বী চৎপগী থোংনাং ওই,
বিশ্বামিত্রনা আকাশকা শোক্লত্তম,
ধ্রুবনা অচেৎপা লাইনিং পরৈগী
পান্থা ওই, পুম্নমক তিল্লরে,
প্রকৃতিগী পোৎশক পোৎশক্তা,
পেম্বিৎ পোরম শকতাক্তুনা
পুম্নমক ওইরে,
কাওাগী জগোই তাহ্বাদা,
স্বর্গগী থোংজংদা য়াকাইবগী
কাংশিবু থিংলকপগা লোয়ননা ।

অহুবু মঙলান্দা লৈরমত্রে পোলোয়দা,
তারয়ে ৰিংশেলসিদা,

অহাংবত্তা' অহাংবত্তা, ওহাক্তং

তনাদা অমুম তিন্দুনা,
লাইর অনং লৈতবা, মচু লৈতবা,
অহাংবত্তা, অহাংবত্তা। অহুগা,
ওইরম্মী বোকুল চয়োংদা
মোনথাংনরুবা, হুংশি মঙলান্দা তাহুনা ওই,
অমুমা বোকুল লৈরাংনা তম্রকপা
করিগুম্বমা, নাপদা চিক্লা,
বাই, বাই, হায়রিবা : য়ৈরক্লি
তপ্না, অমুম্বা বোকুল মথোংদা
ফম, মীৎলুগী থাউমৈদি মুত্তা,
অথাপ্পা থাউমৈগী মীকোদা,
লমজেল তাম্বদা তাউথরকপা,
অঙৌবা কাঙাশিংনা ওইনমক;
ওইনমক, হৌরবদি হৌরমক,
বাই, বাই, হায়নমক ;
অথাপ্পা থাউমৈগী মীকোদা,
ঙানখৎলকই মৈরী কম্না বসন্ত
হুংশিং ফংবদা য়েম্লিং য়েম্লিংদা
চংহুনা।

অহুনা পুমশন শনথে হায়রনি,
অঙৌবা কাঙাশিংনা
তরাং মাললংদা, মথং মথং

শম্লোক্তুনা,
লোয়ননা কেনথ্রবদা.
বোকুলগী চয়োংনা চেমায়দা
শায়েক ওই, চুশিনহোবনা,
খোঙুলশিং য়েকশিনহোবনা থ্রহগী
তম্পাকসিদা, চেইন রিয়েক্সন
ওইরক্লি, অম্বুম অম্বুম হেনগৎলকই।
অহুবু অচুম্বা অশেংবদি হেনগৎপা
ঙমদা, ইরিল অমত্তগী মীংলেম্দা।
মশাশিং তুংইয়া : শাশিবা, তাং,
অমম্মুং হয়াবগী টেকনিক্তি,
হৈশিংবা পোম্বিৎ লৌশিংনা
তাউথরক্লি অঙোবা কাঙাগা ঈয়োইনা,
মশিংনা অম্বুম হেনগৎলক, অম্বুম
হেনগৎলক, অচুম্বগী মৃত্তিদা মিত্রং
শায়হনা, থুম্বা পায়রম্বা চেবাংদো
কৈদা চৎথরে, কৈদগী লাকপা
লৈপরেংনো খংদে, পঙয়াম
য়ামখৎলকপত্তা ওইঁ।
মথংদা,
ফজবনা অম্বুম হেনগৎলকই,
অম্বুমা ফজবা লমজেলগী তাইবংদা
লীলাবু ইবদা,
চিথান্দা তোংহনা, ঈকিংত্তা তমহনা,
খংহৌদে খৌদোদা চেবাংহুমক,
পৃথিবীগী ফুয়োমনা, অম্বুম

ককথরকপগী লোয়ননা,
দুংশিরবা মীওইবগীলক্তা।

অসুম্না তাউথরক্লি অঙোবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহনা,
অমবা নোংলৈনা কংবদা',
পাউজেল, পাউজেল তৌহনা,
শেমদোক শেমজিনগী বিস্তাদা,
থোইদোসে তোংহনা,
কাঙাগী জগোইদা তাউহনা,
কল্পনা-মুত্তিনা লমজিংবী।

কিটসকী পাউজেলহুমক,
'অচুম্বনা কজবনি, কজবনা অচুম্বনি',
ওইরমগনি, গ্রীসকী চক্‌হু শৈথাবদা,
থোজেহুমক,
অচুম্বা অমসুং কজবগী নম্নবা মরীবু।
অদুবু তায়রে অসুম্না,
শাশিবদগী কদবা থোরক্লে, মরমদি
মথোরগী চিম্নানশিংসে উবদা,
অঙোবা কাঙাশিংগী জগোইগী তাম্বাদা
শক্তিগী প্রতিক ওইনা,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহনা,
অমম্বা নোংলৈনা কংবদা'।

অদুবু চয়েৎনরবা মীকুপ্তা লুরিবদি,
কৈদনো য়াইবীগী কাইদোংকম :

অচুম অয়ান অনিনা পুল্লবা
খোইদিংলকসিদা, মচুদি অমত্তা
ওইপ্রবদা, কুকিলগী নাহেখোল্লক্তা,
কোইঙাউনরবা কোকসিদা কৈদা থীরুনি,
করিবু থীরুনি, মীনোকমৈশালক্তা লুপ্লবা
য়াইবীনা কোইঙাউনবা নত্তনা
পাম্বৈ লৈখিদে।

অর্থাপ্পা থাউমৈগী মীকোদা থাওমদা,
অম্বুম্মা কোইচা চারম্মী চেক্লাশিংনা,
লম্ফাংসিদা অম্বুম্মা,
কুকিলগী নাহেখোলগা লোয়ননা চেম্বরম্মী।

⁂

## অহিংগী থাউমৈ : ২৯

কোম্থোংথিংলবনি সনাকোম্নুংসে,
খোঙাকপা অতনা কোইঙাউননা
তরংদা তায়বদা, দুর্গগী অকোয়বদা :
অফিসতা, স্কুলদা, কলেজতা,
কারখানাদা :
কোঙোয় ফাঙ্জিন লরায় তালু,
বলগুম তাউরবদা,
সুমগী লীচিংনা চিংহুনা,
খোম্থাং য়ৈনা কোইঙাউননা,

হুণ্ডাই, হুণ্ডাই, তাম্বাদা,
নোংলৈনা পুজম্মী মখোলগীলক্তা ।
অহুগা করম্বা অহিংগী শাগুমদা,
নিল্লক্কি, নিল্লক্কি,
প্রকৃতিতনা শাম্নৈরে মনিং তম্না,
বোকুল মখোংদা ফমহুনা,
জ্যোতিষিশিংগী খোর্জৈজম্ম লোয়দরি
ধ্রুবতারাবু য়েংহুনা, প্রকৃতিগী
মিংলেন্দ হিনাউসে পুনিংবা
মায়কৈদা পুহুনা, অম্সুম্না
পৃথিবীগী কাচিন কোয়া
চিথহৌদা লৈমায়দা তাররে,
শায়েক ওইনা জ্যোতিষিশিংগী
খোর্জৈজুদগী চেম্থয়কপমক্না
মিংশেলসে শেমহুনা,
ধ্রুবতারাগী খোজালনা থম্মুং
থম্মুংদা লোৎলবা মত্তমদা,
মত্তৌ কয়া শম্লোরক,
লেপ্পবনি লম্বকী চেক্লাচাম্ম,
কৈরাদা ওইহুনা
দুর্ব্বিনবু থুত্তা পায়জবা ফংলিবনি ।

অম্সুম্না খোংচত্তা হুণ্ডাইবা পোক্লক্লে,
অম্সুম্না বোকুল মখোংদা ফমহুনা,
বিশ্বগী স্বরনা নিল্লবদা,
সনাকোম্মুংগী চিংখাইরবা ফুরাদলালগী

হুংগ্রাই চেকাইলক্লো, অমুক
অঙবা হুমিংকী মশেল্লা মৈয়বদা,
বিশ্বগী স্নুরনা কাইদোংলখি,
পোম্বীচেক্লাশিংগী থহুংদা লোত্তুনা।
অহুনা দুর্বিনসিমক্লা নৈমারদা
ভারবদা, শাংলবা যাত্রাগী হৌকম
ওইনা, বিশ্বগী ইানললক্লো,
হুংশিবা নৈনম্লা হারবা নৈকোলসিদা,
সৃষ্টিগী অয়োম্বা নৈরক্করে;
উদে উদে লাউরম্বা নৈশাং
করাগী নৈশক চিংথোক্তুনা,
সৃষ্টিগী শায়েক্লা মীৎমাংদা ভারয়ে,
মঙানগী তমপাক্লা তত্তনা
কমহুনা, মচাগী হুংশিবা
মীনোক্লা মমাগী থম্মোয়না
নৈকদম্বু লোত্তুনা থম্বা তমখিদে
অমুম্মা লনশিংসে, অমুম্মা
চিংথোরক্লি তত্তনা থম্মোয়গী
মঙালদগী হৌহুনা মরম
থুদিংমক মথং মথং,
মতমগী কোঙ্গোয় থাদোরকপগা
কোয়না মথং মথং,
হুংশিগী শায়েক্লা ভারবা মচুনা
হায়নিঙাই নৈখিদে, থাদোকপা
নত্তনা।
অহুনা ঐনা পোঙজনা হায়রি :

অশিবগী যাত্রাদা, নোঙুমলবা মতমদা,
মোংকম লৈরোনগী খোংচত্তা,
পুক্লমক পূহনা চৎখিনি,
লমাইগী ওইমা পুম্নমক লোৎকনি,
থহুংদা ওগ্নিবা বিশ্বগী স্বরসে,
দুর্ব্বিনগী মঙলানসে থুত্তা,
তুরেল ঈচেলগা কোমনা
চেথহনা পুম্নমক, তুরেলগী
কাউশিংগুম অস্নুম্না থহুংদা,
তায়নি শোয়দনা স্টেচু ওইনা
মতমহুদা, চায়নচিংদগী
চেন্থগদবা ওম্নবা ঈচেলগী
আশাদা, অস্নুম্না অন্নুবা
হুংগ্রাইশিংসে অমমমত্তা ওইনা
থুনগৎলিবনি।

অহবু,
মুরবা পাত্র ওইবনা মরিক
অমত্তনু তুংহনা লৈয়ু য়ারমদে;
মহৌশা, মহৌশা, অস্নুমৃতা
ওয়ইরম্মী অহাংবদা, অহুগা
মহৌশানা তাম্নোরকই,
মহাক্কী তাম্বাদা শোয়খিবা মীকুপ্তা,
মাঙতাকপগী মুত্তিনা লম্বী
থৎখি থংহৌদনা,
খোংচত্তা লমজিংবা মপোক্তা,
পাত্র থুদিং অয়ুবা

ঙাক্তা ওইরম্মী; অত্থগা পোলাংনা
অম্মুম্না লৈমায়দা হায়থরম্মী,
অত্থবু চেক্লাচাশিংবুদি কাহৌবা
ঙমখিদে,
শাদবা খুদিং অম্মুম্না
মায়থীখি, লৈমায়দা রাম্থনা
তাখি ঐগী মঙলাম্দা,
কর্মগী রাংমদা অম্মুম্না
লৈকম্থ লৈরমদে।
অর্থ অমদং
অম্মুম্না শাদাবা লাকপা মপোক্তা,
হিংলিবসে লমজেলগীদমক্কি, অত্থবু,
পোলোয়দা য়ুরবা পাত্রদা
লৈকম্থ য়াউরমদে।
অহাংবগী অহাংবনা অম্মুম
শম্দোকখি, অম্মুম শম্দোকখি,
অম্মুম্না অকিবনা মরু ওইরকই
অথাপ্পা থাউমৈগী মীকোদা,
তথকপী শক্তিনা অম্মুম্না
পোথাবদি লৈতরি,
অকিতুজুংদা শুঙাইবা পোক্তনা,
অত্তংঅথম লৈত্তবদা, অম্মুম অম্মুম
লোয়ননা তাউথরক্কি,
লীলাসে ওইরিবা অম্মুম্না,
কোম্মোংখিংলবা সনাকোম্মুংসিদা,

জগোইগী কুম্মৈ তত্থি অসুম্না,
ঙাম্বু কাওনা তাহ্না,
তাহ্না তত্তনা য়াইবীগী ঈয়াইদা,
পুম্বনা থম্বীরে খোরীসিদা.
অথাপ্পা থাউমৈনা তত্তনা কাইহৌহ্না.
তারখি তত্তনা কিগাউমুংদা,
শুপগী তরংমালংদা অসুম্না
বলশুম তাউরখি. অহ্গা
তম্পনগী মঙ্গৌবু লৌহ্না.
অর্থ অমদি থমখি.
পুক্সি হায়বমা পুথোকখি.
হৈশিংবা কালাকার অমশুম.
মরমদি কুকিলগী খুরনা তংত্রিবনা,
শুংশিগী ইয়ায়দা চেহ্বা তাবনা
শোক্লবা, যৈনবা,
মাংগা তুংগা অমসুং
পোংশক্কা পোংশক্কা শিংনবগী
বাশক লৌখি মিংশেলদা।

## অহিংগী থাউমৈ ঃ ৩০

অথেংবা অহিংগী চিঙ্গাম্না
ঙংলবদা লকাহুংসিদা,
করিম্নু ঙাখিদে; ঈশিং য়াউজবা
চক্ষুসিদা, হুংজ্রেংনা থল্লবা
চক্ষবু উবদা ঈখোলাংলবা
ক্বাককুম্না, নিঙমদা মৈশানা
শরা শনখি; ঈশিং য়াউম
অমগীদমক মথোৌপোংনা
থোংজবা অরেম্বতমক ওইরম্মী,
নোঙ্গৌবী শাবী ঙম্বস্নু
কাম্নজবদা, শুপ্নগী অমম্বগী
লক্ষ্মম ওই য়াইবীগুংসে
হুডাইবা মরিক অমত্তা ফংদরে,
মৈশাসিমক্না চাকথেকৃতুনা
নোংমদি শোয়দনা দাইনেশোরস
ওই, লৈরোম্দা মীংতগী ওইনা,
চেমায়দা মরীমরাংশিংসে শায়েক্কী
কুইম্মেদা ভাঠুনা শোয়রক্লোই,
হুংগী হুং ঙাক্তানা ঙায়গ্রবদা চক্ষুসিদা,
পামজবা খরায়গী লৈশাংনা কেমগ্রবদা,
চাংয়েংসিদা।
চাংয়েং ওই;
ওইরিবা চৈনালক্কা,

থেংনবা অহিংগী অশুম্বা
খোংজুংদা কমছুনা শীরাংবু চাংয়েংলি,
অশুম্না মদোম মাংশ্রবন্দা চেনা
শাবা সনামচুগী হিদো, রাখলগী
ইয়াইসে লানগে থল্লুবা খুদিং,
বিশ্বামিত্রনা মেনকাগী ময়াইদা
অমম্বগী নোংলৈতবু ফংখিবগুম,
নিংবা কায়না খুৎ অসি থায়রবনি,
থাদোক্লবনি, লকাজুংদা চেনা শাবা
সনামচুগী হিশিংসে থাক্তনা
পুখিশ্রো হায়না, নোংলৈনা
চাখিশ্রো হায়না থায়রবনি।
লৈকোলদা চ'উজবী খোইমুনা মাংখিবদা,
করিন্নু অচৌবা রাখোক ওইদে।
স্নুরগী ইপোমদা তোংছুনা,
আশাগী ফুরা থংহৌদনা
ফিংথাইখিবদা করিন্নু কায়দে,
ওইহনা, তুমিৎ, কাং অমশুং
য়ুরানগী ইপোমদা তারবা তোল্লবা
খোইমু খোইরাগী পুক্সিদি
উমংদা অশুম লোইবা মহৌশানি।

চেগী হিমা সনামচু মাঙবস্নু,
করম্বা ঈচেলদা কয়ানি থাংগনি ?
লৈচিলদা শাবা ফুরাবু,
ওইথোকপা নত্তবনা, কায়দে, কায়দে,

মৈচাক খাংবতা ওইজগে,
থৌদাং অমত্তা পাওখোকপা
গুমজ্রবদা, করিস্থু কাদ্বদে
মতুগী দগিদা।

সনা চহি অহুমনা লাইগী মপোক্তা,
ঈশিংথক্তা থুরুম তোংহুমা চংখিবরা,
করিগী রোকেট উত্রিবা
লাইপোক্না, করিগী মাংওইনা
কংদে ইতিহাসকী রেকোর্দতা,
মতুমকী দগিদা তাহনা,
উমংদা অন্থুম থুপখিবা কয়ানি,
চেনায়দা তাহনা চেপ্সী হি
কয়ানা য়ুরানগী শক্তুমদা,
অতুগা স্নুরসিমক পান্দুনা,
লৈকোল লৈকোলদা তৎতরি,
থেংলরি, থেংলরি, মৈচাক অসি,
হাগুদ্না, হুংহুমা থল্লবা
চক্দ্বু উত্তুদ্না, ঈখৌলাংলবা
কাকশিংনা অন্থুমা মৈশা
লাংলরি, কাররবা স্নুরবু পুহনা,
তোর্ব্বানসিদা তারব্বা শকথংত্রবা
সুংজ্রেং কয়াগীলক্তা।
অতুগা লোংপ্রবদা লাইজনা, গল্লাগী
তুরেলগুম লৈশেঙোইনা কুপ্তদ্না,
কোইঙাউনবা যাত্রিক্না খংলমদে,

অসুয়া পৃথিবীগী অকোৰুশিংবু.
লৈকোলগী সুরদা চেহুবা নত্তনা
কশিনু শ্রীচুদে অসুয়া.
নিঙমদা মৈশাগী রাজ্যদা নিংথৌ ওই.
কুকিলশিংনা নাহেৎতা, নাহেৎতা,
লৈকোলগী সুরনা চিংবা মায়কৈদা
চত্তুনা, থম্মোয় রাগমা কহিগুম
অমমদা থাংলম্মী।

অহুবু, তাউথয়ক্রি অঙৌবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহুনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা'.
চৌটিগী ঈশিং মরিক্‌ম মঙলান্দা
তত্তনা, তপ, তপ, তপ.
ওইররি অঙৌবা কাঙাগী জগোইগী
ইপোমদা শুকলেপ লেপ্তা,
ব্রহ্মাগী তুংইমা, আশিবাদত্তা
ইরোইনা, অচিকপনা মীৎকুপ্পকপা
থুদিংগী.
য়াকাইরি কোঙোয়গী মপৈগুম,
ইতিহাসনা মরোল মরোল,
মতমনি হায়হুনা, চাংয়েংনি হায়হুনা,
মহৌশানি হায়তনা ইতিহাসনা
শুকলেপ লেপ্তা,
অচিকপনা মীৎকুপ্পকপদা,
পাংকৌ ঈয়াইদা তাহুকাঙা
অনীনা য়াইবীহুংগী হুংশি বারী

চিংথোক্লবগুম, য়াউরম্বি ইতিহাসকী
দৃশ্যদা, অমুম্মা,
মার্টিন লুথারনা ভায়রম্বি শোয়দনা।
অমুম্মা ভাউথরকই, খোম্লাউসি
পুহ্না অতৌবা কাণ্ডাশিংনা,
'মৈথুগী ইপোমদা ভাউহ্না,
অমম্বা নোংলৈনা কংবদা', অমুম্মা
ঐগী মণ্ডলান্দা ভাউরকই,
খোম্লাউসি পুহ্না লুথার, লুথারনা
ভায়রম্বি,
হয়েংগী হায়দোক্লবনবা মচাক কয়া
পুহ্না,
অথাম্বা থাউমৈগী আকর্ষন্দা অমুম্মা,
কংজ্রবমু শাশিবা লম্বোইবী অমগুম,
ভাংকী ইয়াইদা ভাহ্না,
চেম্লিদো পুহ্না, সনামচুগী হিনাউসিমক্না
ইঙ্গিংকী মবেম্মতা ওইহ্না,
ভামহল্লি অথাম্বা থাউমৈগী লমজেলদা,
সমক্র কোষ্টিগী ঈচেলবু পুহ্না
কোকথোং ওই,
ঈচেলদি ভংম্রিবনা,
থম্মোয় পাম্লি ভাক্লয়ে মালেম লৈমগী।

থেংলবা অহিংগী অমুম্মা
খোংজুংদা কমহ্না অমুম্মা,
পীয়াংবু চাংয়েংলি,
অথাম্বা থাউমৈবু মীতম্মা।

⁂

# অহিংসী থাউমৈ ঃ ৩১

সভ্যতাগী বারীসি তাবিনবগীদমক্কি,
কারাগারগী চৈনাখোল্লত্তা মমিসি
মীৎসিদা ডায়রতা ওই, প্রচারগী
শক্তিফাউবা চেক্লবদা,
অশেংবা জগত্তা, মতমগী
লাংদমুক থুরক্লনা, বলি
চংলমদাই হায়েংগুম নাহেনা থাংলিবা।

সভ্যতাগী বারীসি অসুম তাবদা,
অসুম তাবদা, য়াইবীরুংদা তাহৌই
অসুম্মা উফুলগী উফুলতাক্তা; গুকচবতা
ওই, ভিক্কারী অমগুম লম্বীদা
চংলম্মী নোংকৈলরুংশিংলক্তা, দখিচি
অমদং থীবদা, পুন্সিগী মশক্তসে
খজিক্তুং ফংনবা কোয়না।
কোয়ামগী চীংক্লমদা কোয়ক্লনা
শংফানবা কো-পাম্বী অমদং
থীবথক্তনা খোদাং ওই,
হেক্লগাংনা কোইশন শন
লম্বাংসিদা অসুম্মা, মুক্তিগী
মশক্তি থাপ্পা লৈহৌরে।
অক্লবু খোদাংদি,
অসুম অবাৎপতা ওইরবনা,
খোদাংগী মৈচাক্লা হেল্লরে,

কারাগারশিংদগী নাঙ্খোকপা ভমদা,
কোঙোইনা অস্নুম থুমখিবনা !

থংইনে, অথাপ্পা থাউমৈনা
খোম্বাং তোয়রি; অহুবু
লৌকম থংদরে, চয়েৎনখরে
লৌপুনসে, অশেংবা লম্বী অমদং
লৈতবনা, থাজংখিবানা হুংহুম
অমত্তংসু লম্বীশেম্বদা,
করিনা কম্বিনো, হায়ভমত্রে,
কর্মগী পুন্সিদা করম্বা কর্মবু
তৌগনি, খঙমত্রে !

মরুদি, কাপুরুষ মীংথৈদা তাখিবা
অহুস্নু ইকাইজে মখোয়গীলক্তা,
তৌভম্বা মতিক্কী ইয়াইদা,
মখোয়গী মরুম থুপ্পা হিংবদগী,
মুক্তিবু খঙমত্রে, নত্রগা
করিবু ওইসিগে, নত্রগা
করিবু থারসিগে থংত্রে,
লুরবা মতমসিদা,
লৈশাং ভমত্রিবনা, করম্মা
মায়থীরে হায়না লাউখোকনি:
খোজমমেলৈগুম ঈশ্বরগী
খুয়াগীতা ওইসিরা,
থাজত্রে অমত্তম্নু, মীকুপ অমদং
ওইরবস্নু, পুরুগুম শোক্নবা তাবনা

শিংনবগী লাবুংদা । অদুবু
কনাগী লাউভাক্তা তাংখিদে উকুলগুম
মীপোকী কান্নবা থওজ্রবদা ।

সুরদি অসুম থোরক্লি,
পাক্লক্লি মায়কৈ মরিদগী,
বিনাগী তারানা মপান নাইদবগা
থকুবগুম, সুরদি অসুম থোরক্লি,
অবাঅনংতগী রাগী লীহুনা
ওসিসু ওাল্লি সুরদাসনা,
রাগীগী শৌদোকফম রাঙরি,
চিথানগী হুঙাইনবগীদমক ওপ্পগী,
অথাপ্পা থাউমৈগী মীকোদা ভস্তনা,
অসুম্না তোর্ব্বানগী হুংগ্রাইশিংসে,
অসুমন্তা, লংথোক লংশিন তৌহুনা
লেম্বা তাৱেদো ।

অসুম্না তাউথরক্লি অঙোবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহুনা,
অমম্বা নোংলৈনা কংবদা,
হৈনম লৈনম চায়বী মলয়াগী
শাক্দগা লোয়ননা ঐবু
কাইহৌহুনা : 'কয়লাগী মৈথুলক্তা'
থম্মোয়গী শাথেক তোয়রকখি
অসুম্না, মীৎনাসি শেংদোকখি
সভ্যতাগী রাগীদা ঈরুপ্দুনা ।
অদুবু ওইরক্লবদা লৈয়াংগী শ্রদ্ধাঞ্জলিনা
য়োৎকী কারখানাগী মশক,

পামেলহুদা য়াউম অমত্তং,
য়াংলে যাংলে, মখাংলে,
খোঙ্গাং যৈরকপদা,
মপুক য়াউত্রবা মমাউগুম
হুংশি, হুংশি খোংলকপদা
ঐগী খম্মোয় পুঙমদে।

অনুম্মা কাঙাগী শাখেক্তা য়াউরখি,
অনুম্মা মীৎমাই শেংদোকখি,
হেনক্কদহুনা লম্বীশিংসে য়েংনবগীদমক,
অথাপ্পা থাউমৈগী লমজেল
তাম্নবীদা পোৎলুম অস্নিমক্তা
থৌদাংগী পোমিৎ তাকখি,
পোৎলুমদা হুঙাইবা তাইবংদা।

অনুম্মা থম্বিরে ঐবু কায়াগায়দা,
অনুম্মা থাবিবা মতম ঙায়বদা
নুংগী ইপোমদা তাউবা
তারক্লে কাঙাগী জগোইবু
তুংইমা, নৈ চরোং হেক্কদ্‌না
অনুম্মা মতম লেঙখি।

চিঙ্গি য়াহৈ ঙাংলুয়ে উপায়
নৈজবদা, হেনক্কদহুনা
তোক্লরে নমজা নমথাক
প্রকৃতিগী উপাল হৈপালদা
চংহুনা, অনুম্মা মৈয়াশিংসে চুখংপা
তমখি, অথাপ্পা থাউমৈগী
মীকোনা থৌহুনা য়াইবীহুংদা,

[illegible] মরু ওইরবদা.
মৈয়াবীগুম অহিংগী মীকুপ্পা
চিঙাক [illegible] তমগী
মখোয়গী খুত্থং লৈহনা,
মখোয়গা শিংনবদা অমুক্ত
নৈচয়োংশিংসি হেক্রদ্বনি.
পোকপতা ওয়রিবা অঙাংগুম
মমাগী অমপাক্তা কম্বগী মহুতা,
ইমাগী মেবাবু চংহনা,
হয়াবা লাকপা মপোক্তা।

লিনগী খায়াত্তগী হিংনবা চেঙবা
হঙোইনা ভোবা মতানি
মসিত্তনা লম্বীনি,
লম্বীসিদা খম্বীরম্বনা অথাম্বা
থাউমৈগী মাহুদা
লম্বীসিদা চৎপনা,
চেম্লুরে পাউজেল কয়া,
সত্যম, শিবম, সুন্দরম,
অচুম্বনা ঈশ্বরনি,
কয়া কয়া,
অমুবু চিনসিদগী তারকখি নৈকাং
ঙাক্তা, মীকপ থোরকপদা,
ঙাখিবদা কেনখি বুদ্ধ, গান্ধী.
পীবুক্তা হাংনা নৈহোই, কাঙাগী
শাথেক্তা ইনোৎ হাওদনা,
হয়েংগীদমক কৈথেলসিদা।

# অহিংগী থাউমৈ : ৩২

ওইজবতনি পুম্নমকসে, অমাং অত্তোংগী
কায়বারদা মচু মথল কয়ানা
মীৎ অসিবু থুপহন্দুনা, লেমজবা
শক্তদ্‌না লৈরাং লৈকালক্তা,
মুংশিগী জুরায়না হৌরকপদা,
মথল মথেল মচুগী টিউবলাইটশিংনা
কুফেৎ কাফেৎ কৈথেলসিদা,
উফুল চাইরক্লি মীৎসিদা,
ফিজেৎচাকচা কয়াগী লৈত্তেংলবা
ত্তোর্ব্বানসিদা,

খেম্নবা কয়াগীলক্তা মাম্নবা,
খোঙ্গাউবু শক্তদ্‌না অম্নুম্না
তাউথরক্লি অঙোবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহ্নুনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা',
চৌংম্না চৌংয়াগী চেক্লাশিংনা,
পাইখোরক্লি মীৎয়েংগী কুমৈ
ওইনা মচু মচুগী লৈরাং
লৈশাক্তা লাউরক্লি,
খোম্থাংদি অমত্তদা, মৈরবি,
হুরাম্বগী লাম্লোংদা,
জেন্ত্রফদবময়া খোরকপা খোংজংদা,
মিশাইলশিংগী অকি তুজুংদা,;

অঙৌবা কাঙাশিংনা তাউথরকপগা
ইরোইনা, লঙ্কাংসিদা
চাক্তারনি চেক্লাচাশিংনা,
শৈশক, শৈশক শরুহুনা,
ঈশাইফু অমদং থীবদা,
থরায়গী লোৎচকম ।

হিংবদি হৈনজ্রে থংলে,
অহুবু 'অশিবগী থারাতপুদি'
করিগী কিরি,
থবায়গী মশক্না; হিংববু
নিন্দা তৌনা তৌনা,
চেক্লাচানা করিগী
ব্রজগী মশেকপু থৈদোক্লি
অকি তুজুংদা, থরায়গী
মন্দিরদা অপুম্বতা শাৎলরিবা,
ওইবা লৈরাংশিংগী,
চৌখানগা, পীবুক্তা শম্ভ্রবদা
কৈথেলসিদা মৈথুত্তমক
উরিবা; লম্বীসি অমম্বদা,
শৈহেক শৈদমলক্তা থৌহুনা,
অপুম্বা ওইরিবা,
চয়েৎনবতা, চয়েৎনবতা, ওইরিবা
ব্রহ্মামক্কা থংবা ঙমখিদবা
ময়ামরিচিকাগী মমিসে ?

ঐবু থাদবিরম্মী চিয়বা মঙমসিদা,
চেকাইত্তা ওইনা মোংশোংদা
লোত্তুনা লৈরম্মী ।
কৈদা হুন্ডাইগনি পীবুকসে,

অম্বুম্মা ওইরবদা মীওইবগীলক্তা,
চেকাইগা, মঙালগা কয়াদা
খেন্নরিবনা; কয়ম্মা
পেম্মোকচ হায়বনো চেকাইনা
লৈথক্তা তারিবা লোম্মা থুম্মা
মঙালদা তাংহনা মীতৌগালক্তা
হৈনবা থবায়গী হন্দ মঙমদা,
মখোয়গীলক্তা; মখোয়গী মিত্তা
তারিবা মমিলি ওম্মোক্লা য়েঙমদা
ইকাইকৈ অম্বুম্মা ।

হায়দোক্লু খুদিংদা অশোয়বত্তা
ওইরম্মদা, চৎলুবা খুদিংদা
থিংথংবু থেংনরুবনা, লম্মোইবা
শাহুনা চৎলিবা লম্বীগী চাক্লিবা
ওইমা লেমদা থয়ায়সে চোকথরে,
চেকাইগুম মোংশোংদা তারবদা ।
অহুবু অম্বুম্মা লোৎলি কেকু লোৎপী
লোৎলি লেপ্পুনা অমম্বুং
অলোৎপবু থীরি,
লোত্তুনা চৎলি য়াইবীগী ইয়াইদা
লৈনমবু ওকপা,
পোত্তীচেন্নাগী রান্নী শম্মোকপগা

লোয়ননা, তমহুনা ঈয়াইদ:,
মমিংতা ঙায়রবা ।

অমুম্না তাউথরক্নি অঙৌবা কাওাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহুনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা,
অথাক্পা থাউমৈগী মীকোদা,
লমজেলবু তাম্নহুনা ।

থীবনা ঈশরুক ওই,
ম্লেম্লাই ম্লেম্লাইদা,
মন্দিরগী শয্যাসিদা,
অথাক্পা থাউমৈগী মীকোদা,
খাঙমদা চিম্বান্দা শোন্দুনা,
পাউজেল কয়া :
চাম্বিবা, কথে কপা অমম্মুং পেম্বোকপা,
পাউজেল শন্দোক্ন্দুনা,
প্রিষ্ট,পুরহিত, মৌলবীনচিংবা,
অমম্বগী নোংলৈশিংবু শোন্দুনা,
লৈনমদি য়াউরক্কে খুৎশাশিংদা,
থাদোরকপতা, ওজাগড়, কুস্তীর,
শক্রবদা সুবয়াজ,
শন্দোরকপদা কেমেস্ট্রিগী পোৎচাকশিং,
অমুম্না, ইদোম ঈখাইদা ঈরাক্লরে ।

অহবু অমুম্বা
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহুনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা,'

অমুকন্থু তাউথরক্নি,
অঙৌবা কাঙাশিং,
থৌনাগী ইয়াইনি তাক্ত্না,
জগোই শাথেক্তা মক্তম পুহ্না
খোম্লাং য়ৈরক্নি,
চংশিন্নু, থুগাইয়ু,
শাগৎপগী মঙলান্দা,
মঙদয়া খোল্লাউবু টিক্তরি,
কাঙাগী জগোইনা পুহ্না,
থম্মোয়বু লৈহাউদা থমহ্না,
ঐগী মঙলান্দা ।
অম্মুয়া অকবা খোল্লাউদা, তয়ানা
পুন্নমকপু মায়থীবা পী,
থম্মুংদা চংহ্না,
পাবুকী মুংগ্রাইশিংসে থুগাইহনা,
মুংশিবা লৈনম শক্লোক্তুনা,
থম্মোয় থম্মোয়গী পোমিৎ তাক,
লমজানুব, মশিং হান্তরি, অম্মুয়া,
কনক থেজদগী হৌহ্না ঙসি কাউবদা,
অম্মুয়া থয়ায়বু থৌহ্না পুখিরি,
য়াকাইরক্নি নোংশা কয়া
থম্মোয়মুংদা,
কাঙাগী জগোইদা লুপ্তুনা,
অথাক্পা থাউমৈগী মীকোদা তাহ্না,
হায়ীগী হায়ী ওই অম্মুয়া
পুক্নিনা তন্দনগুম কুকেং কাকেৎলি,
অমম্বদহুক, অহুগ, অমুকম্থু,
অঙাম্বদহুক উত্তুনা ।

# অহিংগী থাউমৈ ঃ ৩৩

ইথুংমক্কা চুজবা মোমবাত্তিগী
মৈরীশিংসে, অমাব্যস্থাগী মীকুপ্তা
ঙসিস্থ চাক্লি লেপ্তুনা,
ঐনা থাজৈ; অস্তুম্না
য়ুংপা লৈত্তরে প্রকৃতিগী নোংজু কয়াদা।
মহুমক্কা হাপখি বলসিদা,
তম্ম্মা ঙাস্থোইখি কু2ক্ষং কাক্ষেং,
ইথুংমক্কা শেমজখিবা ঃ
থুদিংদা, অঙোবা কাঙাগী শাখেক্তা
তাহুনা,
অথাপ্পা থাউমৈগী মীকোদা।
থরাম্নগী মঙালবু নোংলৈনা হুমখিদে,
য়ুংখিদে ঈশিংগী ইপোম্না য়্নৈবদা
অশিবগা শিংনবদা মাইথিরবা
লাম্মী ওইরবস্থ,
অথাপ্পা থাউমৈগা অস্তুম্না
লমজেল তাম্নৈ, নিয়তিগী মথাদা
তাউদবা বলসিদা ওইহুনা।

লৈগনি লৈয়ি অসিমক ব্লেকবোর্দসিদা

তশেংনমক, অস্তুম্না তারয়ে,
পুক্নিগী মীকুপ মীকুপ্তা,
অনৌবা খোংথাং অমদা,

নিশাগী ভাইবংদা,
অপংবা পুন্সিদা,
অথাপ্পা থাউমৈগী মরুমদা,
অমুম্না ভাম্নরে স্বর্গগী অপেম্বা,
থম্মোয়গী লৈমায়দা লৈরাংগুম
চোইজায়না ।

অমরোমদা, সম্নি ওইনা,
অথাপ্পা থাউমৈসে কংলাসিদা,
হায়নিংই, পুন্নমক্কী সাক্ষী ওইরি,
মবমদি, স্বর্গগী খোংজং অমম্মুং
নরক্কী মৈকৎ,
অনীমক্কা ওনশিন্মুনা মখৌ পোংনা
মুরবু চিংহুনা,
লৈকোলদা তাহুনা সাক্ষী ওইরি,
প্রমান খুদিংদা থম্মোয় থম্মোয়গী :
থম্মোয়নতা শাগৎপা, থম্মোয়নতা লৌশিন্থবু
তুংইন্না,
ফত্তবা খুদিং ইশন শনরি,
ফত্টবলল খুদিং ইচায় চায়রি,
অথাপ্পা থাউমৈগী ঈচেলসিদা ।

অমুম্না পুন্নমক ওইরিদো
ঐগী মগুলাম্দা,
অথাপ্পা থাউমৈগী মরুমদা,
লেপ্পুনা ভাইরিদো ঙসিমু
স্বর্গগী অপেম্বা,

পুক্নিংগী ইহৌ থুদিংমক্তা,
সত্ব, রজ, তমগী খোংহৌবু
তত্বগুম স্বর্গগী পামেলবু
ঙাম্নরিদো;
অথাপ্পা থাউমৈগী মরুমদা থুপ্তুদ্না।
অম্সুম্না ঐগী মঙলাম্দা,
অথাপ্পা থাউমৈনা ঙাক্লরি,
লানফম অসিদা,
অরাবা মথৈ থপ্তুদ্না,
থম্মোয়নত্তা লৌশিন্বা, লৌশিংনত্তা শাগৎপা
মরমনা, লানফম অসিদা,
হায়রনি ঙসিদি,
অথাপ্পা থাউমৈদি সেনাপতিনি শোয়দনমক,
অতগা ঐবু কেটালিষ্ট ওই,
ঐগী মঙলাম্দা তত্তুনা,
থবায় খোয়দানা লৌশিল্লুই।

অঙইবমক, খাদোকপা ঙমদে,
অথাপ্পা থাউমৈনা চাত্তুদ্না
মঙাল ফরিবমক্তনা লেপত্রিবা, অতগা
লেঙলিবা, পুম্নিগী মুত্তিসে,
খাদোকপা ঙমদে।

লৌশিল্লি খোয়জংনা,
শক্তিগী বাংমদা লৈগ্রবা
অথাপ্পঃ থাউমৈবু
চেকপল অসিগী লমশেম্বী ওইনা,

মুংশিনা য়োকচৈ, অদুগা শেমগৎচৈ
অথাপ্পা থাউমৈমা থরায় মঙাবু
লৈচিল ওইনা মঙল মঙলদুনা
অভিয়াসিদা।

অসুম্না শোন্না শোন্না
মীংলেম্বদ্, খুংগুম ঙ'লৈদো,
ভিনখিবগা থম্মোয়না থম্মোয়দা,
মঙালগীলক্তা,
লৈচিলনা অসুম্না ভারবগা
অথাপ্পা থাউমৈগী মরুমদা।

অদুবু, মীকুপ্তা থেংনরুই মুংগ্রাইলকসিদা
অরাংপগী অরাংপা ঙাক্তা,
চিরবা মীকুপ্তা,
অথাপ্পা থাউমৈগী ইচেলসিদা
য়াউরম্মী অসুম্না লৈকা খুদিং
কেনগ্রবা লৈরিকপু,
ঐগী মঙলান্দা,
মৈচাক অসি পুদুনা।

অসুম্না খুংহৌদা শায়োলম্লকখি,
থম্মোয়মুংগী,
পেন্সবা অমসুং অরাংপমথৈ,
রাখংবিনবা লৈত্রবসু।
অদুবু, থাদোকপা ঙমদবনা পুক্সিগী মুক্তিসে,
অথাপ্পা থাউমৈগী মীকৌদা,
অসুম্না ফংলরে, লৈঙোইগী
ফুরাদুমক, অদুগা,
থরায়না অহাংবদা ভাদুনা।

ওইরক্লে লৈঙোইগী ৰু্রাহুদি,
মতোল ৰংউ য়াদবা ওইরক্লে,
অথাপ্পা থাউমৈগী মরুমদা
স্বর্গবু মঙদম্না অপুম্না,
থম্মোয় রাগম্বা শৈশক্লা তোয়রখি,
অথাপ্পা থাউমৈগী ুলাচিংদা,
চোকথরবা যাক্লিকী দশাসে অপুম্না
ওইরক্লে,
খজিংঙ্কংদা কিংখাইথরে,
তাহৌরে থম্মোয়না অহাংবদা,
উপায় লৈত্রবা দশাসে,
অথাপ্পা থাউমৈগী মরুমদা
হেনৃক্ষদহুনা, মতম লেম্বদা অপুম্না ।
হৌথরে চহী কুমজা কয়া,
মঙদম্না হুংশিকো, পুক্নিংবু হুঙোল্লি,
মঙদম্না হৌগ্রবদা, ইপোমদা,
মথং মথং তৌহুনা
খৌরীসিনা ঙাল্লবদা মাঙওইনা;
পুক্নিংবু হুঙোল্লি,
স্বর্গগী অপেম্ববু মংদম্বনা,
কায়না মৈথুলক্কা,
অথাপ্পা থাউমৈগী মীকোদা
থম্মোয়শে খৌহুনা লমজেলসিদা
অমম্বদু অপুম্না থাদোকপদি ঙমখিদে,
চাংয়েংগী পাত্রশিংসে,
অপুম্না য়াইবীহুংদা ভত্তনা ভা[illegible] ।



